# চৈরাওবা নুমিৎ

# [illegible]

# রাজ মন্ত্রী পাবা

শকাব্দ ১৯২৩ চন্দ্রাব্দ ১২১৩ ইং 2001/2002

তাং ১৩/4/2001 ইঁয়াই

চৈথাবা : শ্রী মোইরাংময়ুম শামুঙৌবা সিংহ
সাং নোংপোক ইঙৌরোক

"বর্ষা কৃতি" কৌবা লাইরিক্তগী পুথোকচারিবা

রাজ জ্যোতিষী ঃ -
জন্দ্র শর্মা ব্রহ্মচারী
পাঞ্জি শংলাকপা

থোংজবা ঃ —
শ্রীশ্রীগোবিন্দজী টেম্পল বোর্ড
ইম্ফাল।

# চৈরাওবা নুমিৎ

# রাজ মন্ত্রী পাবা

শকাব্দ ১৯২৩ চন্দ্রাব্দ ১২১৩ ইং ২001/২00২

তাং ১৩/4/২001 ইরাই



চৈথাবা : শ্রী মোইবাংময়ুম শামুঙৌবা সিংহ
সাং নোংপোক ইঙৌবোক

শ্রীশ্রীগোবিন্দজী টেম্পল বোর্ড
ইম্ফাল।

ফোংজবা ঃ -
শ্রীশ্রীগোবিন্দজী টেম্পল বোর্ড
ইম্ফাল।




কোপি মশিং ১,০০০/-

ফোংবা ঃ
তাং ১৩।৪।২০০১ ইং শজিবুগী ২৩ নি পানবা ইরাই নুমিৎ



মমল লুপা ১০/-


নম্ফম ঃ কোবু প্রিন্টিং প্রেস (কম্প্যুটরাইজ) বাওরেমাথোং, ইম্ফাল।

# ব্রাহৌদোক

## চৈরাওবা নুমিত্তা রাজ মন্ত্রী পাবা

লৈবাকসিদা লাইশিংনা খুন্দা-লৈতারকপদগী চহিগী চৈরাওবা হৌরক্লে। অতিয়া গুরু শিদবনা লৈরোন-নোংলোন অমসুং থবাই পানবা খিবিক্কী য়াইফনবগীদমক তাকপিখিবা মতুংইন্না কোংবা লৈথোং ফাংপা শজিবু লৈখুন ফুনবগী থৌরম পাংথোক্লুনা কুমগী অফ-ফত্ত তায় অমসুং খুরমই। অনৌবা চহিদা থোক্লগদবা থা ১২ গী অফ-ফত্ত খুদম-চাংদম য়েংই। ফত্তববু লৈরোন ৯ দা চংহনখি। মসিবু লৈথোং ফাংপা, শজিবু লৈখুন ফুনবা কৌই।

কোংবা লৈথোং ফাংপদা ফংবা খুদম অমসুং পোৎলমশিংদগী কুমগী অফ-ফত্তা লেপই। মদুদি লৈপাক নিংথৌগী বা মৈ ঈশিং নোংজু নুংশা মহৈ-মরোং তীন-কাং লাইনা-লাইচৎ নুংশিৎ অমসুং ৱাথোক-লাম্থোক অসিনচিংবনি। মসিবু তাইবং মপুদা খুরুমজরগা ইরাৎ-পুজা তৌদুনা মীওইবদা কুম অসিদা থোক্লগদবা ফত্তবশিং অদুবু ঙাকথোকপিনবা লৈখুন ফুনবদা শক্লে। মসিনা পণ্ডিত লোইশং মাইবরেন ৫ না পাংথোক্লুনা লৈপাক নিংথৌদা কৎলি ফোংদোকই।

অমরোমদা রাজ জ্যোতিষী পাঞ্জি শংলাকপা বর্ষা কৃতি কৌবা লাইরিক্তগী অনৌবা চহিগী ওইরগদবা নিংথৌ মন্ত্রী, মচু অমদি অফ-ফত্ত, নুমিৎ চয়োল থা, রাশি লগ্ন নক্ষত্র দশা ক্ষেন অমসুং খাতুনচিংবগী মহৈ পুথোক্লুনা শ্রীশ্রীগোবিন্দজীদা কৎলগা লৈবাক নিংথৌদা খঙহল্লি; তাহল্লি।

মসিগী ফল পুন্নমক "রাজ মন্ত্রী পাবা" হায়না পুথোক্লুনা ফোংদোকই। থৌরম অসি কুম অমগী শজিবু চৈরাওবা নুমিত্তা পাংথোকই। হৌজিক্তি থৌরম অসিবু শ্রীশ্রীগোবিন্দজী টেম্পল বোর্ডনা শীঞ্জ লাংজদুনা পণ্ডিত লোইশং অমদি পাঞ্জী শংলাকপনা পীবা ফলশিংবু লৈবাক্কী ওইনা ফোংদোকচরক্লি, কুমশি চহি শকাব্দ ১৯২৩ চন্দ্রাব্দ ১২১৩ ইংকুমজা ২০০১/২ গীদমক রাজ মন্ত্রী পাবগী ফল পুন্নমক চেফোংসিদা শুগায়না ফোংদোকচরি।

সেবাদা ঃ —

শ্রীশ্রীগোবিন্দজী টেম্পল বোর্ড, ইম্ফাল।

# রাজ মন্ত্রী পাবগী থৌ পুবিরকপা

লৈবাকসিদা চৈরাওবা নুমিত্তা রাজ মন্ত্রী পাবা হায়বসি (গনীত) থেঙ্গ্রাগী মতমদগী চৎনরক্লে। থৌরমসি শজিবুদা কোংবা লৈথোং ফাৎপা অমসুং শজিবু লৈখুন ফুনবগা মরি লৈননা জ্যোতিষ শাস্ত্রগী মতুং ইন্না ফংবা চহি অমগী অফ-ফত্ত ফলশিং শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউদা কচ্চরগা লৈবাক নিংথৌগী স্নামাংদা পাথোক্তুনা খঙহনবনি। শিনফম অসিবু অচার্য্যময়ুমগী ৺ কল্লাকান্ত শর্ম্মা, লৈশং শর্ম্মা, ৺বাপু শর্ম্মা, লদু শর্ম্মা হন্দক্তা লৈখিদ্রবা বাপু শর্ম্মনা মথং মথং পুবিরকখি। মতুংদা সাং ককচিং ব্রাইরি সলাম লৈকাইদা লৈবা শ্রীঅচার্য্যময়ুম গনেশলাল শর্ম্মনা ইংকুমজা ২০০০, শকাব্দ ১৯২২, চন্দ্রাব্দ ১২১২ দগী "রাজ মন্ত্রী" পাদুনা শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউগী সেবা তৌবিরি। মসিদা শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউনা থৌজালবিদুনা লৈবাক প্রজা, চীং-তম, অঙম অথৌ, ফমদোং-য়াইতোংবশিং অমদি শেবাগীদমক লিংলিবা লোয়শংশিং সেবাকারিশিং ভক্তবৈষ্ণবশিং অমদি শিঞ্জ-লাংজরিবশিংবু লাক্লিবা চহি অসিদা মঙ্গল ওইবা পিবিনবা প্রার্থনা কচ্চরি। লৈবাক্কী অনা অয়েক, অৱা নুংশি ব্রাথোক-লাম্থোক মীকপ-মীরাও মীশি-মীনা অমদি কাংলুপকী ইরাং নেমথহনবিদুনা ইংনা-চিংক্লা পুকচেল-খোয়জেল তিন্ননা শান্তি ওইনা চাওখৎ-থৌরাং কয়াদা খুমাঙ চাওশিনবা ঙমহনবিনবা অমুক্কসু হন্না ইকোক নোন্না ভক্তি কচ্চরি।

ভক্তি কচ্চরিবা ঃ -

শ্রীরাজেন্দ্র শর্ম্মা ব্রহ্মচারি পাঞ্জি শংলাকপা

শ্রীশ্রীগোবিন্দজী টেম্পল বোর্ড ইম্ফাল।

তাং১৩।৪।২০০১ ইং শজিবুগী ২০ নি পানবা ইরাই।

# কোংবা লৈথোং ফাৎপগী মহৈ

তাং ১।৪।২০০১ ইং কোংবা লৈথোং ফাৎপা শজিবু ৭ নি পানবা নোংমাইজিং।

## অঙোম পোকপা লাইফমদা লৈরম্বা

চিংখৈ লোমদা তিম্লোক। অৱাংদা লৈশৌ লৈরম্মী। নোংপোক চিংখৈ লোমদা তিম্লোক চবুন অমা। নোংচুপ্তা লৈশৌ লৈরম্মী। ময়াইদা লৈতিন অঙাংবা অমা নোংপোক্তা কাউথ্রুম অমা লৈরম্মী।

## নিংথেম পোকপা লাইফমদা

কাউথ্রুম তুজোম্বী অনী। উচি মহুম অমা। তিম্লোক অমা। থরোই অচংবা অমা। পৈশা অনা ময়েক অমা। কাউথ্রুম অচংবা অমা। নাচন অমা। কৌব্রু পাংবদা ঈশিং ঈফুৎ অমা থোকই। নোংপোক লোমদা ঙাপ্রুম অমা লৈরম্মী।

## মহৈদি :

**ইবুধৌ অঙোম পোকপা, নিংথেম পোকপা লাইফমদা** লৈরম্বা পোৎলমশিং অসি লৈরম্বগী ফত্তবা মহৈ লাক্কদবা পুম্নমকপু কোরৌ নুমিৎ ৫ নি শুবদা হিচম য়াইচম পাত্তা চমহনবিরগা অফ-নুংঙাই খিবিকপু ইবুধৌ অনিনা কুমসিগী চহি অসিদা লৈপাক মরা তপ্পা চাকহোং ঙাহোংবা ফৌরেল লাবা যুমজংবা পুন্সি চরে শাংবা তানথোং ময়ুং কুই লেমথোং মফে পাকপবু পিবিনবা থৌনিজরি। ইতি

ইম্ফাল
তাং ১।৪।২০০১ ইং

শ্রীকুলচন্দ্র সিং পণ্ডিত অচৌবা
মণিপুর পণ্ডিত লোইশং G.T.B.

# ওঁ গনেশায় নমঃ শ্রীগুরুভ্যো নমঃ

**শ্রীগুর্রুব্রহ্মা গুরুর্বিষ্ণুঃ গুরুর্দেব্যো মহেশ্বরঃ**
**গুরুঃ সাক্ষাৎ পরং ব্রহ্ম তস্মৈ শ্রীগুরুবে নমঃ।**

চন্দ্রসুর্য্য খুরুমজদুনা সংসার বয়স কল্প হাক্তকী পুন্সি ফংনবা হায়জগে। কল্প হাক্তকী মনুংদা যোগ (যুগ) ৪ (মরি) না ওল্লা ওল্লা চাদুনা লৈএ। যুগ ৪ মক্কী মমিংদি অহানবদা সত্য যুগ কৌএ, অনিশুবনা ত্রেতা যুগ অহুমশুবনা দ্বাপুর যুগ মরিশুবনা কলি যুগ অসুম্না কৌএ, হৌজিক কলি যুগনে। যুগ অসিগী তারক ব্রহ্ম নামদি ঃ - হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে, হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে।

করিসু লৈত্রিগৈদা মথং মথং থোরকপগী মরমদো অসিনে, পুক্লিং অরেপ্পা সং কৌবা অমা লৈএ। মসিদগী কাল (মতম) হৌরকএ।

মতম কৌবা পুক্লিংনা উদবা মশক অদুনা য়াম্না তিন্দুনা পরমনু ওইএ। পরমনু কৌবদি শুন্য ওইনা উরিবা মণ্ডাল অসিনে। শুন্য অসি ৬০ না তেনু অমা ওইএ। তেনু কৌবদি ফক্লাং অহোবা নুমিৎকী মণ্ডান্না চংলকপা অদুদা পাইরিবা মৈখুগুম্বা অদুনে। তেনু ৬০ না তিল্লগা রেনু ওইএ, রেনু কৌবদি উফুলবু কৌএ, রেনু ৬০ না তিল্লগা পল (পোল) অমা ওই পল কৌবদি মিৎকুপ্পু কৌএ, পল ৬০ না দণ্ড অমা ওই। দণ্ড কৌবদি পুংবু কৌএ। দণ্ড ৮ না প্রহর অমা ওই। প্রহর কৌবদি য়ুথক অমবু কৌএ। য়ুথক ৪ না নুংথিল অমা ওই। য়ুথক ৪ না অহিং অমা ওই। য়ুথক ৮ না নোংমা ওইএ। নোংমা ৩০ নিনা থা অমা ওইএ। থা ৬ না আয়ন অমা ওই। আয়ন ২ না কুম অমা ওইএ। কুম ৩ না বয়স বীজ ওইএ। বীজ ৩ মক ৩ না পুরিয়ু নবগ্রহাব্দ ওই নবগ্রহ্মব্দবু ৩ না পুরিয়ু চন্দ্রাব্দ ওই। চন্দ্রাব্দবু ৪ না পুরিয়ু অবধি সংখ্যা ওই।

অবধি সংখ্যাবু ৪ না পুরিয়ু অবদক্রান্তি ওই। অবদক্রান্তি মহাক্তি ৪৩২ নে ব্রহ্মাগুনা পাকপদি ময়ুং মফৈ অব্দক্রান্তি ৪০১ নে অবধি সংখ্যা ৩ বর্ষকুম ৫৪ পাকএ। চক্র মকোইদি ---- অবদক্রান্তি ১২০৫ অবধি সংখ্যা ২ বর্ষকুম ৫৪ ওইএ। য়ুথক্কী মশিং দিয়াম কৌএ চহি ১ গী মনুংদা য়ুথক চংবদি য়ুথক ২৮৮০ অসি ওইএ।। য়ুথক্কী পাকপদি কোটি ৫০ নে মকোইদি কোটি ১৫০ ওইএ।

মথক্কী অব্দ ক্রান্তি ৪৩২x ৪০০০ = সত্য যুগ কুমশিং ১৭২৮০০০ ওইএ।

মথক্কী অব্দ ক্রান্তি ৪৩২x ৩০০০ = ত্রেতা যুগ কুমশিং ১২৯৬০০০ ওইএ।

মথক্কী অব্দ ক্রান্তি ৪৩২x ২০০০ = দ্বাপুর যুগ কুমশিং ৮৬৪০০০ ওইএ।

মথক্কী অব্দ ক্রান্তি ৪৩২x ১০০০ = কলি যুগ কুমশিং ৪৩২০০০ ওইএ।

কলিগী কুমশিং চহি ৩৮৮৯ দা চন্দ্রাব্দ ১২১৩ তিন্নরগা কুমশিং ৫১০২ চংলকপা ওইএ ব্রাংলিবা ৪৩২০০০ – ৫১০২ = চহি ৪২৬৮৯৮ অসিনে।

# শ্রীশ্রী রাধা গোবিন্দ জয়তি

## শকাব্দ ১৯২৩ চন্দ্রাব্দ ১২১৩ ইং কুমজা ২০০১/২০০২

### শকাব্দ ১৯২২ চৈত্র ৩০ (ভাঃ তাং ২৩ চৈত্র)

তাং ১৩।৪।২০০১ ইং শজিবুগী ২০ নি পানবা লোইদুনা ২১ নি পানবা ইরাই নুমিৎকী অহিং পুং ১০।৪৫ (I.S.T.) রাত্রি দং ৪৩।২৮ দগী

রবি গ্রহনা মেষ রাশিদা চৎলগনি মতম অসদগী শকাব্দ ১৯২৩ চন্দ্রাব্দ ১২১৩ হৌরে।

বৃ ৪
শ ৩
রা ৬
র ১
বু ২৭
শু ২৫
লঃ চঃ ১৯
কেঃ ২০
ম ১৮

অষ্টাবিংশতি পলাধিকে ত্রয়োচত্বারিংশ দণ্ড মাধব মাসিয় ষষ্ঠ্যান্ তিথৌ শুক্র বারে রাত্রি ভাগে বুধের যামার্দ্ধে মহেন্দ্র দণ্ডে শনি দণ্ডপতৌ ধনু লগ্নস্য দ্বিতীয় দ্রেক্কানে মুলা নক্ষত্রস্য তৃতীয় পদাশ্রিত ধনু রাশৌস্থিতে চন্দ্রে, মেষ রাশৌস্থিতে, ভাস্করে।। ক্ষতিয় বর্ণে দেবারিগনে। অষ্টোত্তরীয় মতে শর্নে ও বিংশোত্তরীয় মতে কের্তো দশা, ভগবতী সঙ্কটা যৌগীনি দশায়াং — হায়রিবা খিবিক অসিনা পানবা মতমদা কুম অসি পোকএ/হৌএ।

মহৈদি ঃ- লৈবাক্কী অঙম-অথৌ পুক্লিং লৈতাদে নিংবা কায়বা, অফা-অপুন্নবা, হোৎনরুবদা কান্নফম খংদবা, মীৱা-মীশা তাবা, লন ময়েং তাবা চান্নবা মরুপ-মপাংদগী লাপথোক্লবা মীশি-মীনা তোয়বা, অনা-অয়েক্কী মিপাইবা নংবা, প্রজা পুক্লিং খোয়রাংবা অকি তুজুংনবা কুমনে।। শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউনা ভক্ত-বৈষ্ণবশিংবুদি রক্ষা তৌবিগনিএ।

# মঙ্গল রাজা শুক্র মন্ত্রী

**কুমশিদি মঙ্গল (লৈবাকপোকপা) না নিংথৌ ওইরে। মহৈদি ঃ-** নিংথৌ মবুক লেপ্তে খৎনা-চৈনা য়ামএ অফা-অপুন নংএ, লৈপাক খুন্নাই পুক্লিং ব্রাইএ, মীফা-মীপুন তৌএ, মীকপ মীরাও তৌএ, পৃথিদা মহৈ-মরোং ব্রাৎলে, লৈপাক্কী অঙম-অথৌ পুকচেল তিন্নদে, ইরাং হৌই, ব্রাথোকএ। খুৎসু-খুৎলাইগী অকিবা নংএ। মৈশা হেল্লে, উফুল হৌএ, নোং লিকএ।

**শুক্র (ইরাই) না মন্ত্রী ওইরে মহৈদি ঃ-** লৈপাক খুন্নাই হরাওএ, অব্রাৎ-অপা য়েংবিএ প্রজা চাওখৎলে, মহৈ-মরোং চরোং চুমএ। লাই-তিন্দা পুক্লিং চংএ, লৈপাক ব্রায়েন চুমএ। অচা-অথক হোংএ।

১। **হৌজিক থানচিংবা নিংথৌ ওইবগী ব্রা ঃ** - থাগী নিংথৌদি শ্রাবননা (ইঙেন থা) ওইএ, লৈপাক খুন্নাই নুংঙাইএ, লৈপাক লৈহাও কায়এ, মহৈ মরোং চরোং চুমমে। মচু মমেন থোকএ।

২। **তিথি মাকমৈ নিংথৌদি ঃ** - ১৫ নি পানবা পুর্ণিমানা ওইএ, পুক্লিং-হকচাং নুংঙাইএ, মহৈ-মরোং ফৈএ, লৈপাক খুন্নাই হরাও তুজুংএ, অচান-মীরাই নাইদে, মীয়োক-মীচান ফৈএ, পুক্লিং মকালামমে, ব্রায়েন বিচার চুমএ।

৩। **নক্ষত্র নিংথৌ ঃ** - নক্ষত্র ১৮ (জ্যেষ্ঠা) না ওইরে থৌনা ফৈএ, নোম্বা কল্লে, লৈপাক খুন্নাইগী কান্নবা হোৎনৈএ, অব্রা-অনাগী থবক্তা মাইপুনৈএ। প্রজা চাওখৎলে, হৈপান-লৈপান ফৈএ।

৪। **নক্ষত্র শুভ মন্ত্রী ঃ** - নক্ষত্র ৯ (অশ্লেসা) না ওইএ, মৱা-মখোল চাওএ, মীতেক-মীরৌ খংএ, লৈপাক-খুন্নাইগী অফ-নুংঙাইগী থবক্তা পুক্নিং লুপএ। প্রজা হরাওএ।

৫। **ৱার (নুমিৎ) নিংথৌ ঃ** - বুধনা ওইএ (য়ুমশকৈশ) বুধি লৌশিং চাওখৎলে। পুকচেল তপএ, মীয়োক-মীচান হৈএ, প্রজা পুক্নিং পেল্লে। নুমিৎ অসিদা লুহোং-খোংদোংবা ফৈএ, যাত্রানচিংবসু য়াইএ।

৬। **লগ্ন নিংথৌ ঃ** - মিথুন লগ্ননা ওইএ, পুক্নিং তপএ, মীগী কান্নবা তৌএ অখাং কল্লে। শু-নোম্বদা পুক্নিং চংএ। লৈপাক-খুন্নাই নুংঙাইএ, অনা-অয়েক কোকএ। হৈপান-লৈপান ফৈএ।

৭। **দশা নিংথৌ ঃ** - রবি (নোংমাইজিং) না ওইএ, মীৱা-মীশা তাইএ, ৱাথোক-লাল্থোকপা নংএ, লম চৎলে, ৱাখল মফাংনৈএ। অনিংবা থবক পাংথোকএ।

৮। **ক্ষেন নিংথৌ ঃ** - ক্ষেন ৮ গী মনুংদা অহানবা ক্ষেননা নিংথৌ ওইএ, পুক্নিং মকা লামমে, বুদ্ধি-লৌশিং থোকএ, ৱাপাং-তেংপাং ফংজৈএ, মতম অদুদা পাংথোকপা থবক থৌরমশিং ফৈএ।

৯। **দ্রেক্কান নিংথৌ ঃ** - বৃষ রাশিগী অহানবা দ্রেক্কান্নে, মপুক তপএ, মতম অসিদা অফ-নুংঙাই তানখৎপা, থবক হৌবা ফৈএ মাই পাকচৈএ।

১০। **নবাংশ নিংথৌ ঃ** - বৃষ রাশিগী অহানবা নবাংশনে, মীপোকপা অফবা ওইএ, মীথোই-মীহেল্লে। নিংথৌ ওইবা মশেনসু ফৈএ, ৱাচৎ-ৱানোম তৌবা ৱা তান্নবা ফৈএ।

১১। **কুমদম্বা মপু ঃ** - শনি (থাংজ) গ্রহনা মপু ওইএ, উন য়ামদে কুময়াই ওইএ। নোংজু চিঁহে নাইএ, মহৈ মরোং ৱাংলে।

১২। **থা তম্বা মপু ঃ** - রবি গ্রহনা (নোংমাইজিং) ওইএ, মবুক শাওএ, বুদ্ধি-লৌশিং থোক্তে। হৈ-রা, উপান-ৱাপানসু চাওজন থিএ, লৈপাক লৈহাও ৱাংলে।

১৩। **নোংগী লানজিং পুরেন ঃ** - সমবর্ত্ত কৌএ, লাম্মী লুচিংবা ১৬ লোইনৈএ। নোংজু মরম ওক্লা য়াম্না চুইএ। হৈপান-লৈপান ফৈএ।

১৪। **ঈশিংগী মপু ঃ** - চন্দ্র (নিংথৌকাবা) না ওইরে ঈশিং ৱাত্তে নোংজু ফৈএ, লৈপাক লৈহাও চেল্লে, মহৈ-মরোং চরোং চুমমে।

১৫। **দ্বীপ মপু ঃ** - প্লক্ষ দীপনে, জীবশিংগী নুংঙাইবা ওইএ, মচিঞ্জাক ৱাত্তে।

১৬। **নুংশিৎ মপু ঃ** - প্রবাহ কৌএ, নুংশিৎ মহৌ নাইনা য়াম্না চাওনা শিংলে, উপাল-ৱাপাল তেকএ, লাইথুংদি পুকলিন শোক্লা নাইএ।

১৭। **সমুদ্র মপু ঃ** - ইক্ষা সমুদ্রনে, চুহিংনে, থৱাইপানবা খিবিক্কী অরাম-খৌরাং কোকএ, অমৃত পিরিবা সমুদ্রনে।

১৮। **ফৌগী মপু ঃ** - বৃহস্পতি (শগোলশেন) গুরুনা ওইরে। ফৌপান ফৈএ, চহৈ-চরোং চুমএ, নোংজু য়াম্লা ফৈএ, কুমনিং চোল্লে, চাক চাইএ।

১৯। **মাইবগী মপু ঃ** - দিবোদাসনা ওইরে অনা-অয়েক য়ামএ, অৱা-নুংঙাইতবা নংএ, হিদাক্কী অৱাৎপা লৈএ, লাইওং খংদবা অনাবা য়ামমে।

২০। **শামু মপু ঃ** - বামন্ কৌএ, কুম তমএ, মনাতোনবু কোরেক কৌএ। মৈরম পাংবদা কুমদম নোংখায়এ, শামু ইরাৎপদা মাবু হান্না লাৎকদবনে, মৈরমদা শামু চৎহৈদে।

২১। **লিন মপু ঃ** - তক্ষকনা ওইএ, লিন মহু থৌএ, শম্বোংদা লিন-কাং তাওএ, লিনগী অকিবা নংএ। মাইকৈ খিবিক্তা লিন থোকএ।

২২। **অচা-অথক (অথুম-অহাও) গী মপু ঃ** - রবি গ্রহ (নোংমাইজিং) না ওইএ, হৈরা শিল্লে, থুম য়াকএ এনসাং-নাপি ৱাত্তে অখা-অশিন ফৈএ।

২৩। **মী, শা, উ অমদি উচেক্কী মপু ঃ** - মী মপু বেদাঙ্গনা ওই শা মপু হৌদোংনা ওই উ মপু হৈনৌনা ওই উচেক মপু কিনরানা ওইএ, নক্ষত্র ৬ (আদ্রা নক্ষত্র) মকএ, নক্ষত্র ৭ (পুর্নববসু নক্ষত্র) শেংএ।

২৪। **রত্ন, লন মপু ঃ** - ইরাই গুরুনা (শুক্রনা) ওইএ, মৈরমদা লৈএ, লন মপু ইরাৎপদা মৈরম ওনগনিএ, নুমিৎ অসিদা অরু-অহেনগী পোৎ-চৈ পিথোকহৈদে।

২৫। **ফিরোই, কোললিক্কী মপু ঃ** - বুধ গ্রহনা (য়ুমশকৈশনা) ওইএ, ফিরোন অহনবা শেৎ-ইনবদা অৱাং ওন্না শেৎকদবনে নুমিৎ অসিদা আভরন পিথোকহৈদেএ। কুম তম্বদা মতেং পাংএ নিংথৌনা মখুন মনাইবু য়োকএ, পুক্লিং লৌশিং থোকএ, লাইবু নিংএ, লৈপাক নুংঙাইএ।

২৬। **অহোং-অতাংগী ৱা ঃ** - মনাগী শাগৈ, হিদাক, মাইরেন, লশিং থাউ, সনা তাংএ, অঙৌবা, মুরৈনবা ৱাওথাংনবা অতিয়া মচুগী পোৎ হোংএ।

২৭। **মাকমৈ ফত্তবা অপুন্বা খংনবা ঃ** - শুক্রবার (ইরাই নুমিৎ) পুমএ ক্ষেন ৮ গী মনুংদা ২ শুবা ক্ষেন নক্ষত্র ১০ (মঘা নক্ষত্র) পুমএ, চন্দ্রগী দশা, কুম্ভ রাশি-লগ্ন, মিথুন রাশিগী ১বা দ্রেক্কান, মেষ রাশিগী অহানবা নবাংশ শুক্লা চর্তুথী (৪ নি পানবা) পুমএ।

২৮। **শোক্লচিংবা চহি, কুম থা নুমিৎনা লৈবা মাইকৈ ঃ** - নোংপোক্তা লৈএ, শোক পুম মপুনা লৈবা মাইকৈদা শা-লান চৎহৈদে চৎলবদি অৱা-অনা নংএ।

**বীজ লৈফম ঃ** নোংপোক। **বীজ থোকফম ঃ** কৌব্রুনে।

২৯। **য়াম্ফ ওইবা গ্রহ খংনবা ঃ** - বৃহস্পতি গ্রহ (শগোলশেন) য়াম্ফ গ্রহ ওইবনা নুমিৎ অসিদা য়ুম শাবা উ য়ুংবা তৌহৈদে।

৩০। **নুমিৎ কোমপুৎ লৈখুন চংবা ঃ** — শুক্র গ্রহ (ইরাই) না কোমপুৎ লৈখুন চংএ, নুমিৎ অসিদা পুম্রি-কুহ্য তৌহেদে সৌকোম তৌবদি ফেঅ। কোমপুৎ লৈখুন চংবা মাইকৈদি মৈরমনে।

**মহৈদি ঃ** - শ্রীরামচন্দ্রনা সিতা দেবীবু লৌরুবগুমমে, লৈমগী পিড়ানে নুপীগী শাগৈ ৱাইএ।

**তাইবং পানবগী থব্রাইবু য়োক্কুনা লৈরিবা লাইরেম্মা লক্ষ্মী দেবীনা কুম খুদিং রথ তোংদুনা কুবিবগী ৱা ঃ** - কুমশিদি লক্ষ্মী শিদবী লাইরেম্বীনা ফিরোই অঙাং অঙৌ অমু য়ান্নবা শেংলে, লৈদি অক্কোং মনা চিল্লি। খুৎওইদা কোরি লৈরোং শুইএ। য়েত্তা চদুম পাই তাংলমমে তেরা উদা তোংএ।

**হৌজিক্তি (ভুমীরস) লৈপাক্কী মহৈ লৈবা লৈতবা খংনবা ঃ** - লৈপাক্কী লৈহাও (রস) লৈএ, হোংএ, ফৌনচিংবা মউ মনা মহৈ মান্নবা ফেঅ। লৈ মনম নুংশি চাক য়াম্না চায়এ। পাখং-নুরা হ্রাও তয়ামমে। থব্রাই পানবা খিবিকতো নুংঙাইবা ফংএ। লোইরমদা অৱাবা চংএ। মী পোকপদি মতিক লৌশিংএ। শৱোং-শাদা ফেঅ, খুৎকন-পাঙ্গল্লে, লিংজেল ফৈ লন লোইএ। অকি-অখং লৈতে পুকচেল তপএ, মখোং ৪ পানবা য়াম্না লোইএ। শাগোল-শামু তোংবা ফংজেএ। চহি ৬০ পুল্সিএ। নোং কুমজিন কুময়াই কুমমৈ অহুম্মক মান্নবা ফেঅ। ঈশিং চাওএ, পামলৌসু ফেঅ। শজিবু থাদা কুমখায়এ কালেন ৬ নি মনুংদা খোঞ্জেল থোক্লা কুমগী নোং চুবা হৌএ। মহৌ ১০০ রক চুইএ।

হৌজিক্তি অদভুৎ ওল্লোকপা উৎপাৎ যুগকী মরম ঃ —

১। **প্রথম উৎপাৎ ঃ** — মৈগী যুগনে, নোং য়াম্না ফৈএ, মৈসু কিনৈএ।

২। **ত্রি উৎপাৎ ঃ** - মৈনে, মৈ কিনৈএ, মথুম-মরাং হৌএ। লমজাউ-খোল্লে।

৩। **চারী উৎপাৎ ঃ** — উৎপাৎ যুগ অগ্নিনে মৈ কল্লে, মৈশা লাংএ শউম চাওএ, মৈপোক লালহৌ তোয়এ।

৪। **পঞ্চম উৎপাৎ ঃ** — নোংশিংনে, নুংশিং কল্লে উপান-ৱাপান তেকএ। নোংজুদি মচিন অতুম্বগুম্না থৌএ। কুমজিন-কুময়াই ফৈএ, কুমমৈ খরা ৱাৎলে।

৫। **সপ্তম উৎপাৎ ঃ** — খুরানবা হকএ, লৈপাক ৱাথোকএ, অকি-অখং নংএ, নোংজুদি কুমজিন ফৈএ, তমনা হেল্লে।

**মহাবিষুব সংক্রান্তি কুমশিন্নবা ১দি মাইওন্নচিংবা ঃ** চন্দ্রনা (নিংথৌকাবনা) সংক্রান্তি মপু ওইনা লাইরেম্মা ৭ মক্সা কুম শিন্নেএ, ফিরোই অঙৌবা শেৎলে। খুৎয়েত্তা শামু কাতি ওইদা য়োৎকী চৈশু ওইএ। উচি তোংনা নোংচুপ্তুগী নোংপোক পাংনা চৎলে। মহাদেবীনা চেপয়াননা লেপ্তুনা ব্রহ্মাগী লু য়াইএ। মসিবু সংক্রান্তি কুমশিন্নবা কৌএ।

**মহৈদি ঃ** — লিন-কাং তাওএ, খুন্নাই অকি-অখং নংএ, লাইশং কল্লে। নুপীগী পিড়া ওইএ। বেদাঙ্গনচিংবা অহৈ-অশিংবগী পুক্লিং ৱাইএ। নোংদি মহৌ নাইনা চুইএ।। কুমজিন ময়াই ওই, কুময়াই কুমমৈ ফৈএ।

সংক্রান্তিগী মমিংদি মহাবিষুব কৌএ, নক্ষত্র ১৮/১৯ না পানবা নুমিত্তা সংক্রান্তি ওইবনা "রাক্ষস" (হিংচাবা) কৌএ। অয়ুক পুং ১১।৩৮ গী মতুংদা মাই নোংপোক ওন্না স্নান তৌজরবদি পুন্য মহৈ অফবা ফংজৈএ।

**সংক্রান্তি স্নান ঃ** - তুরেন ইচেলগী ঈশিং চফুদা শোক্লগা হি-য়াই মণি-মুক্তা স্না-লুপা, যাবচন্দন কস্তুরী কুমকুম মনম নুংশিবা হৈ-লৈ য়াওনা মপোক নুমিৎ লৈ, পোৎশক হাপ্তুনা নোংপোক ওন্না ইরুজগদবনে।

**মপোক নুমিৎকী মতুংইন্না ইরুজবদা হাপকদবা পোৎলমদি ঃ**

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | নোংমাইজিং | - | নাগেশ্বর লৈ/মনা। |
| ২। | নিংথৌকাবা | - | তিংথৌ। |
| ৩। | লৈপাকপোকপা | - | নোংমাংখা অঙৌবা মনা। |
| ৪। | য়ুমশকৈশ | - | খোংনাং তরুং। |
| ৫। | শগোলশেন | - | চকপা হৈক্রু। |
| ৬। | ইরাই | - | খুজং লৈ/মনা। |
| ৭। | থাংজ | - | য়ুবী নত্তুগা মহী। |

**সংক্রান্তি নুমিত্তা তৌহৈদবা থৌরমশিং ঃ** — (১) অকপ অরাও (২) মায়াযোগ (৩) শা-ঙা চাবা (৪) য়ু থকপা, ময়াই কাবা পোৎ চাবা (৫) খৎন-চৈনবা (৬) ঈ চুপ্পা (৭) উয়ান-ব্রায়ানবা (৮) উতুপ শিংতুপ পুবা (৯) অরৈ অখানবা (১০) অয়োন-অথাংবা। থৌরম ১০ অসি ঙাক্কদবনে নত্তবদি ব্রহ্মামক ওইরবসু পুন্সি ময়েং তাইএ।

**চহি অসিগী ওইরক্কদবা চাংদম ঃ** কুমশিদি ঈশিং কোরেক ১০০ নি সমুদ্রদা ৫০, চীংদা ৩০, পৃথ্বি তমদা ২০।

**কুমশি বিশ্বা মশিং ঃ** নোং ৭, ফৌ ১৩, নাপী ১৯, অইংবা ১১, ওলাংবা ১৭, নুংশিৎ ৯, প্রজা চাওখৎপা ১৫, পজা ময়েং তাবা ৭, লৈবাক নিংথৌগী অথিংবা ১৩, অনাবা ৬, লায়না কোকপা ১২, লনচাওখৎপা ১৮, লন ময়েং তাবা ১০, মৈশা ১৬, ব্রজ ৮, অহাওবা ১৪, লীন ৬, তিন ১২, ধর্ম্ম লৈবা ৫, ধর্ম্ম লৈতবা ১১, নাপন কাবা ১৭, ঙা ৯, থেঙ্গু ১৫, নুং ৭, ঈশিংদা লৈবা ১৩, উচেক ৫, ইপান লাংজবা ১১।

## শকাব্দ ১৯২৩ চন্দ্রাব্দ ১২১৩ ইং কুমজা ২০০১/২

**বর্ষ চক্রগননা চহি অসিগী (নক্ষত্র) থরানমিচাক্কী লৈফম নক-কন্ডা অমদি কোত্রা :**

| | | |
|---|---|---|
| পর্ব্বত ১৮।১৯।২০ (চীংদা)লন চাওখৎলি | ক্রোড় ১২।১৩।১৪ (তম্পাক্তা) নুংঙাই | গগনে ৯।১০।১১ (অতিয়াদা) ইকাই নুংশি নংএ। |
| চক্রে ২১।২২।২৩ লাইরৈ লন ময়েং তাই | স্বর্গে ১৫।১৬।১৭ নুংঙাই য়াইফবা পীরি | শঙ্খে ৬।৭।৮ মোইবুংদা লন চেল্লী |
| সমুদ্রে ২৪।২৫।২৬ ইরাক্লে | ধরন্যাং ২৭।১।২ পৃথ্বিদা মচাক মরন ফংজৈ | রসাতলে ৩।৪।৫ লৈনুংদা অরা অনা নংই। |

**লৈফম পাংদবশিংগী কোক্লবা ঃ**

১। অতিয়াদা লৈরগা ঃ শ্রীবিষ্ণুদা (লাইদা) স্না লুপা কোরি ফী দক্ষিনা য়াওনা কৎপিয়ু।

২। চক্রদা লৈরগা ঃ শ্রীবিষ্ণুদা (লাইদা) ছত্র/ফিরান অঙৌবা হৌনবী মতুং ইন্না কৎপীয়ু।

৩। সমুদ্রদা লৈরগা ঃ শ্রীবিষ্ণুদা (লাইদা) মহৈ-মরোং অচুম্বা হৈরি নত্ত্রগা অঙ্গুর দক্ষিনা য়াওনা কৎপিয়ু।

৪। রসাতলদা লৈরগা ঃ শ্রীবিষ্ণুদা (লাইদা) ফি অঙৌবা ঘি চেং চফু দক্ষিনা য়াওনা কৎপিয়ু।

## শকাব্দ ১৯২৩ চন্দ্রাব্দ ১২১৩ ইং কুমজা ২০০১/২

### রাশিগী আয়-ব্যয় স্থিতি খংনবা

| রাশি | আয় অরাকপা | ব্যয় চৎখিবা | স্থিতি লেমহৌবা |
|---|---|---|---|
| মেষ | ১১ | ১ | ১০ |
| বৃষ | ৮ | ২ | ৬ |
| মিথুন | ২ | ২ | ০ |
| কর্কট | ৮ | ১ | ৭ |
| সিংহ | ৫ | ১ | ৪ |
| কন্যা | ২ | ২ | ০ |
| তুলা | ৮ | ২ | ৬ |

| | | | |
|---|---|---|---|
| বৃশ্চিক | ১১ | ১ | ১০ |
| ধনু | ৫ | ২ | ৩ |
| মকর | ১১ | ২ | ৯ |
| কুম্ভ | ১১ | ২ | ৯ |
| মীন | ৫ | ২ | ৩ |

**শকাব্দ ১৯২৩, চন্দ্রাব্দ ১২১৩ ইং কুমজা ২০০১/২গী "একাদশী"**

| পানথংলকপা নিশ্মাং (শুক্ল পক্ষ) | শিথরকপা নিন্দুং (কৃষ্ণা পক্ষ) |
|---|---|
| | তাং ১৯।৪।২০০১ শগোলশেল |
| তাং ৩।৫।২০০১ শগোলশেন | তাং ১৯।৫।২০০১ থাংজ |
| তাং ২।৬।২০০১ থাংজ | তাং ১৭।৬।২০০১ নোংমাইজিং |
| তাং ১।৭।২০০১ নোংমাইজিং | তাং ১৭।৭।২০০১ লৈপাকপোকপা |
| তাং ৩১।৭।২০০১ লৈবাকপোকপা | তাং ১৫।৮।২০০১ য়ুমশকৈশ |
| তাং ২৯।৮।২০০১ য়ুমশকৈশ | তাং ১৩।৯।২০০১ শগোলশেল |
| তাং ২৮।৯।২০০১ ইরাই | তাং ১৩।১০।২০০১ থাংজ |
| তাং ২৭।১০।২০০১ থাংজ | তাং ১১।১১।২০০১ নোংমাইজিং |
| তাং ২৬।১১।২০০১ নিংথৌকাবা | তাং ১১।১২।২০০১ লৈপাকপোকপা |
| তাং ২৬।১২।২০০১ য়ুমশকৈশ | তাং ৯।১।২০০২ য়ুমশকৈশ |
| তাং ২৫।১।২০০২ ইরাই | তাং ৮।২।২০০২ ইরাই |
| তাং ২৩।২।২০০২ থাংজ | তাং ৯।৩।২০০২ থাংজ |
| তাং ২৫।৩।২০০২ নিংথৌকাবা | তাং ৮।৪।২০০২ নিংথৌকাবা |

| পুর্ণিমা (থানিল) | থাশি (থাশু) |
|---|---|
| তাং ৭।৫।২০০১ নিংথৌকাবা (জলকেলী) | তাং ২৩।৪।২০০১ নিংথৌকাবা |
| তাং ৬।৬।২০০১ য়ুমশকৈশ (স্নানযাত্রা) | তাং ২৩।৫।২০০১ য়ুমশকৈশ |
| তাং ৫।৭।২০০১ শগোলশেন (গুরুপুর্নিমা) | তাং ২১।৬।২০০১ শগোলশেন |
| তাং ৪।৮।২০০১ থাংজ (ঝুলোন লোইবা) | তাং ২০।৭।২০০১ ইরাই |
| তাং ২।৯।২০০১ নোংমাইজিং | তাং১৯।৮।২০০১ নোংমাইজিং |
| তাং ২।১০।২০০১ লৈপাকপোকপা | তাং ১৭।৯।২০০১ নিংথৌকাবা |
| তাং ১।১১।২০০১ শগোলশেন (কুঞ্জরাস) | তাং ১৬।১০।২০০১ লৈপাকপোকপা |
| তাং ৩০।১১।২০০১ ইরাই (মহারাস) | তাং ১৫।১১।২০০১ শগোলশেন |
| তাং ৩০।১২।২০০১ নোংমাইজিং | তাং ১৪।১২।২০০১ ইরাই |
| তাং ২৮।১।২০০২ নিংথৌকাবা | তাং ১৩।১।২০০২ নোংমাইজিং |
| তাং ২৭।২।২০০২ য়ুমশকৈশ | তাং ১২।২।২০০২ লৈপাকপোকপা |
| তাং ২৮।৩।২০০২ শগোলশেল (য়াওশং মৈ থাবা) | তাং ১৩।৩।২০০২ য়ুমশকৈশ<br>তাং ১২।৪।২০০২ ইরাই। |

## থৌরম অফবা নুমিৎ (শুভ দিন)
### ইংরাজি থাগী তারিখ।

**লুহোংবা (বিবাহ) ঃ** — এপ্রিল তাং ১৫।৪।২০০১, তাং ১৭।৪,২০।৪, ২৭।৪, মে থাগী তাং ৫।১২।১৩।১৫।১৮।২০।২৯ জুন থাগী তাং ৩।৫।১০ নভেম্বর তাং ৮ ডিসেম্বর থাগী তাং ১০, জানুয়ারী তাং ২০।২১।৩০ ইং ২০০২ ফেব্রুয়ারী ২০০২ গী তাং ১।২।৩।৪।১৭। ২৬, মার্চ্চ তাং ৩।

**সাধু বৈষ্ণব অমদি গর্ভ পুরবীবু চাক পিজবা (সাধু ভক্ষন) ঃ** - এপ্রিল ২০০১ ইংগী তাং ২৬।২৯।৩০ মে থাগী ২৩।২৪।২৭।৩১, জুন তাং ১।২৭ জুলাইগী তাং ২৫।৩০ আগষ্ট থাগী তাং ২৪।৩১ সেপ্টেম্বর তাং ১৯।২০।২৩।২৭।২৮।৩০, অক্টোবর থাগী তাং ১৮।২১।২৬ নভেম্বর থাগী তাং ২১।২২ ডিসেম্বর থাগী তাং ১৯।২১।২৮ জানুয়ারী ২০০২ গী তাং ১৬।১৯।২৪ ফেব্রুয়ারী তাং ১৭।২৫, মার্চ্চ তাং ২৪। ২৮।

**মিং থোনবা (নামকরণ) ঃ** — এপ্রিল ২০০১ ইংগী তাং ১৬।১৯।২৬।৩০ মে থাগী তাং ৪।৯।১৮।২১।২৪।২৮ জুন থাগী তাং ১।১৩।২৭ জুলাই থাগী তাং ২।১৩।১৮।২৫।২৬।২৭।৩০ অগষ্ট থাগী তাং ৬।৯।১৫। ১৬।২৩।২৪।৩০।৩১ সেপ্তেম্বর থাগী তাং ৩।৫।৬।৭।১০।১৩।১৪। ১৯।২০।২৬।২৭।২৮ অক্টোবর থাগী তাং ৩।৪।৮।১৮।২৪।২৬।২৯




নভেম্বর থাগী তাং ১।৮।১২।১৮।২৩।২৬।২৮ ডিসেম্বর থাগী তাং ৫। ১৭।১৯।২০।২১।২৮।৩১ জানুয়ারী ২০০২ ইংগী তাং ১০।১৬।২৪। ২৫ ফেব্রুয়ারী থাগী তাং ৪।১৫।২২।২৫।২৮ মার্চ্চ থাগী তাং ১।১১। ১৫।২০।২১।২৮।২৯ এপ্রিল থাগী তাং ৫।৮

চউম্বা (অন্নপ্রাশন) ঃ - এপ্রিল ২০০১ ইংগী তাং ২৫।২৬ মে থাগী তাং ২৪।২৭ জুন তাং ১।৪ জুলাই থাগী তাং ২৫।২৯।৩০ আগষ্ট থাগী তাং ২৩।৩১ সেপ্টেম্বর তাং ১৯।২২।২৭।৩০ অক্টোবর থাগী তাং ১৮।১৯।২১।২৬।২৯ নভেম্বর থাগী তাং ২৮ ডিসেম্বর থাগী তাং ১৭।১৯।২৮ জানুয়ারী ২০০২ ইংগী তাং ১৬।২৩।২৪ ফেব্রুয়ারী থাগী তাং ১৫।১৭।২২।২৫ মার্চ্চ থাগী তাং ১৫।১৭।২৪

শম শেংদোকপা (চুড়াকরণ) ঃ - তাং ২৬।৪।২০০১ ইং কালেনগী ৩ নি পানবা শগোলশেল, তাং ৩০।৪।২০০১ ইং কালেনগী ৭ নি পানবা নিংথৌকাবা।

না হুৎপা (কর্ণবেধ) ঃ - তাং ৩০।৪।২০০১ ইং কালেনগী ৭ নি পানবা নিংথৌকাবা, তাং ৪।৫।২০০১ ইং কালেনগী ১২ নি পানবা ইরাই।

নগুণ থাংবা (উপনয়ণ) ঃ - চহি অসিগী গুরুনা য়েক্রুবগী য়ুমদা লৈবনা উপনয়ণ যজ্ঞ পাংদে অদুবু শ্রীবিষ্ণু পুজানা মাংওইননা কৎলগা তাং ৪।৫।২০০১ ইং কালেনগী ১২ নি পানবা ইরাই, তাং ২৪।৩।২০০২ ইং লমতাগী ১০ নি পানবা নোংমাইজিং।

**মহৈ তম্বা হৌবা (বিদ্যারম্ভ) :** - তাং ৪।৫।২০০১ ইং কালেনগী ১২ নি পানবা ইরাই, তাং ২৪।৩।২০০২ ইং লমতাগী ১০ নি পানবা।

**লাইমিং লৌবা (দীক্ষা) :** - এপ্রিল ২০০১ ইং তাং ১৫।১৯।২০।২৩।২৬। ২৯।৩০ মে তাং ২।৪।৯।১৪।২৫ জুন তাং ১।৫।৬।৯।১০।১৫।২০। ২৫।২৬।২৮।৩০ জুলাই তাং ৫।১০।১৩।১৪।১৬।১৯।২৪।২৫।২৬। ২৭।২৯।৩০ আগষ্ট তাং ১।৩।৪।৬।৯।১৫।১৬।১৭।২০।২১।২৪ সেপ্টেম্বর তাং ১২।১৭।২৩ অক্টোবর থাগী তাং ১৫।১৭।১৮।১৯। ২১।২২।২৩।২৪।২৫।২৬ নভেম্বর থাগী তাং ৭।১৪।১৬।২৪। ২৭।৩০ ডিসেম্বর থাগী তাং ১৭।১৮।২০।২১ জানুয়াবী ২০০২ ইংগী তাং ৪।১৪।১৯।২০।২২।২৩।২৪।২৫।২৭।২৮ ফেব্রুয়ারী থাগী তাং ১১।১৩।১৬।১৯।২৩।২৭ মার্চ্চ থাগী তাং ৩।১৩।১৪।২০।২৩। ২৬।২৮ এপ্রিল তাং ১৪।

**য়ুম যাত্রা হুনবা (গৃহ আরম্ভ) :** - এপ্রিল তাং ২৬।৩০ মে থাগী তাং ৪।৫ জুলাই থাগী তাং ২১।২৫।২৬।২৭।২৮।৩০ আগষ্ট থাগী তাং ৪ অক্টোবর থাগী তাং ১৮।২২।২৬।২৭।২৯ নভেম্বর থাগী তাং ১।

**য়ুম শঙ্গাবা (গৃহ প্রবেশ) :** — এপ্রিল তাং ২৬।৩০ মে থাগী তাং ৪।৫ জুলাই থাগী তাং ২১।২৫।২৬।২৭।২৮।৩০ আগষ্ট থাগী তাং ৪ অক্টোবর থাগী তাং ১৮।২২।২৬।২৭।২৯ নভেম্বর থাগী তাং ১।

| লাইশং মন্দির যাত্রা হুনবা<br>*(দেব, দেবী গৃহারম্ভ)* | লাইশং মন্দির শঙ্গাবা ফবা<br>*(দেব, দেবী গৃহপ্রবেশ)* |
| --- | --- |
| এপ্রিল থাগী তাং ২৬।৩০ | এপ্রিল ২০০১ ইংগী তাং ২৬।৩০ |
| মে থাগী তাং ৪ | মে থাগী তাং ৪. |
| মার্চ্চ ২০০২ ইংগী তাং ২০।২১ | মার্চ্চ ২০০২ ইংগী তাং ২০।২১ |

**লৌ ইখোল খোইবা হৌবা (হল প্রবাহ)** ঃ — এপ্রিল ২০০১ ইংগী তাং ১৮।১৯।২৬।২৯।৩০ মে থাগী তাং ৯।১০।১৮।২০।২১।২৪।২৭। ৩১ জুন থাগী তাং ১।৪।৭।৮।১০।১৩।১৭।২৭ জুলাই থাগী তাং ১।৮। ১৩।২৫।২৬।২৯।৩০ আগষ্ট থাগী তাং ৫।৬।৯।১৫।৩১ সেপ্টেম্বর থাগী তাং ৫।৬।৭।১০।১৩।১৯।২০।২৩।২৪।২৬।২৭।৩০ অক্টোবর থাগী তাং ৪।১৮।১৯।২১।২৬।২৯ নভেম্বর থাগী তাং ১৮।২১।২২। ২৫।২৬।২৮ ডিসেম্বর থাগী তাং ২।৫।৭।১৭।১৯।২১।২৮।৩১ জানুয়ারী ২০০২ ইংগী তাং ৯।১১।১৬।২০।২৪।৩০ ফেব্রুয়ারী থাগী তাং ৮।১০।১৫।১৭।২২।২৫।২৮।২৯ মার্চ্চ থাগী তাং ১১।১৫।১৭। ২০।২১।২৪।৩১ এপ্রিল থাগী তাং ৭।৮ ।

**মরু মরাং তাবা/থাবা (বীজবপন)** ঃ - এপ্রিল ২০০১ ইংগী তাং ১৮। ১৯।২৬।২৯।৩০ মে থাগী তাং ৯।১০।১৮।১৯।২০।২৪।২৭।৩১ জুন থাগী তাং ১।৪।৭।৮।১০।১৩।১৭।২৭ জুলাই থাগী তাং ১।৮।১৩। ১৮।২৫।২৬।২৭।২৯।৩০ আগষ্ট থাগী তাং ৫।৬।৯।১৫।২৩।৩১ সেপ্টেম্বর থাগী তাং ৫।৬।৭।১০।১৩।১৯।২০।২৩।২৪।২৬।২৭।৩০

অক্টোবর থাগী তাং ৪।৭।১৮।১৯।২১।২৬।২৯ নভেম্বর থাগী তাং ১৮।২১।২২।২৫।২৬।২৮ ডিসেম্বর থাগী তাং ২।৫।৭।১০।১২।১৭। ১৯।২০।২৮।৩১ জানুয়ারী ২০০২ ইংগী তাং ৩।৯।১১।১৬।২০। ২৪।৩০ ফেব্রুয়ারী থাগী তাং ৪।৭।৮।১০।১৫।১৭।২২।২৫।২৮ মার্চ্চ থাগী তাং ১।১১।১৫।১৭।২০।২১।২৪।৩১ এপ্রিল থাগী তাং ৭।৮।

**জগোই তম্বা হৌবা (নাট্যারম্ভ)** ঃ - এপ্রিল থাগী তাং ১৬।১৮।১৯।২৬।৩০ মে থাগী তাং ৪।৯।১০।১৮।২০।২৪।২৮।৩১ জুন থাগী তাং ১।৬।১৩। ২৭ জুলাই থাগী তাং ২।৩।১৮।২৫।২৬।২৭ আগষ্ট থাগী তাং ১ অক্টোবর থাগী তাং ১৮।১৯।২৪।২৬।২৯ নভেম্বর থাগী তাং ৮।১২। ২২।২৩।২৬ ডিসেম্বর থাগী তাং ৫।১৭।১৯।২০।২১।২৮ জানুয়ারী ২০০২ ইং তাং ৯।১১।১৬।২৪।২৫ ফেব্রুয়ারী থাগী তাং ৪।৭।১৫। ২২।২৫।২৮ মার্চ্চ থাগী তাং ১।৬।১৫।২০।২১।২৮।২৯ এপ্রিল থাগী তাং ৩।৫।৮।

**ফিরোই হৌবা (নব বস্ত্র পরিধান)** ঃ - এপ্রিল থাগী তাং ১৬।১৮।২৬।৩০ মে থাগী তাং ৪।৯।১৮।২১।২৩।২৪।২৮।৩১ জুন থাগী তাং ১।৪।২৭ জুলাই থাগী তাং ১৩।২৫।২৬।২৭ আগষ্ট থাগী তাং ৯।১৬।২৩।২৪। ৩০ সেপ্টেম্বর থাগী তাং ৫।৬।৭।১৩।১৪।১৯।২০।২৬।২৭।২৮ অক্টোবর থাগী তাং ৩।৪।১৮।১৯।২৪।২৬ নভেম্বর থাগী তাং ১।৮। ১৫।২২।২৮ ডিসেম্বর থাগী তাং ৫।১২।১৯।২০।২৮ জানুয়ারী ২০০২ ইংগী তাং ১০।১৬।২৪ ফেব্রুয়ারী থাগী তাং ১৫।২৮ মার্চ্চ থাগী তাং ১।১৫।২০।২৮।২৯ এপ্রিল তাং ৫।

**অনৌবা ফমুং থাবা (নবশষ্যা সনাদ্যুপভোগ) ঃ** এপ্রিল থাগী তাং ১৬। ২৬।৩০ মে থাগী তাং ৪।৯।১৮।২১।২৩।২৪।২৮।৩১ জুন থাগী তাং ১।৭।১৮।২৭ জুলাই থাগী তাং ২।৫।১৩।১৮।২৫।২৬।২৭।৩০ আগষ্ট থাগী তাং ৯।১৬।২৩।২৪।৩০।৩১ সেপ্টেম্বর থাগী তাং ৫।৬।৭।১০। ১৩।১৪।১৯।২০।২৪।২৬।২৭ অক্টোবর থাগী তাং ৩।৪।৫।৮।১৮। ১৯।২২।২৪।২৯ নভেম্বর থাগী তাং ১।৮।১২।২১।২৬।২৮ ডিসেম্বর থাগী তাং ৫।৭।১০।১৭।১৯।২৮।৩১ জানুয়ারী ২০০২ ইংগী তাং ৩। ৯।১০।১১।২৪।২৫।৩০ ফেব্রুয়ারী থাগী তাং ৪।৮।১৫।২২।২৫।২৭। ২৮।২৯ মার্চ্চ থাগী তাং ১৫।২০।২২।২৮।২৯ এপ্রিল তাং ৩।

**পঞ্চামৃত কৎপা ঃ** - এপ্রিল থাগী তাং ২৬ মে থাগী তাং ৪।২৭।৩১ জুন থাগী তাং ১ জুলাই থাগী তাং ৫।২৬।২৯ আগষ্ট থাগী তাং ২৪ সেপ্টেম্বর থাগী তাং ২০ অক্টোবর থাগী তাং ১৮।১৯।২১ নভেম্বর থাগী তাং ১।১৮ জানুয়ারী ২০০২ ইংগী তাং ১৮।২০ ফেব্রুয়ারী থাগী তাং ১৭।২৪ মার্চ্চ থাগী তাং ১৭।২৪।২৮।

**গ্রহ পুজা ঃ** - এপ্রিল থাগী তাং ২৬।৩০ মে থাগী তাং ৪।২৪।২৭।২৮ জুনগী তাং ১।২৭ জুলাইগী তাং ২।২৫।২৬।২৭।৩০ আগষ্ট থাগী তাং ২৩।২৪।৩০।৩১ অক্টোবরগী তাং ১৮।২৪।২৬।২৯ নভেম্বরগী তাং ১।২১।২৩।২৬।২৮ ডিসেম্বরগী তাং ১৭।২৩।২৮ জানুয়ারী ২০০২ ইংগী তাং ১৬।২০।২৪।২৫ ফেব্রুয়ারীগী তাং ১৫।১৭।২২। ২৪।২৫ মার্চ্চকী তাং ১৫।১৭।২০।২১।২৪।২৯।

### অমুবাচী ঃ

তাং ২২।৬।২০০১ ইং ইঙেনগী নোংমা পানবা ইরাই নুমিৎকী অয়ুক পুং ৭।৫৩ দগী অমুবাচী হৌরে। তাং ২৫।৬।২০০১ ইং ইঙেনগী ৪ নি পানবা নিংথৌকাবা নুমিৎকী অহিং পুং ৮।১৫ (I.S.T.) দা লোইগনি। লৈপাক তৌবা, খোয়বা, যাত্রা তৌবা মরু-মরাং তাবা/থাবা য়াদে অমাং অতা নংই। অমুবাচী মনুংদা শঙ্গোম অনৌবা থক্রবদি লিনগী হদগী কিনিংঙাই ওইদে।

### গ্রহন ঃ

শকাব্দ ১৯২৩ চন্দ্রাব্দ ১২১৩ ইং ২০০১/২

কুমশি গ্রহন.৩ লৈরে সুর্য্য গ্রহ ২ নি চন্দ্রগ্রহ ১ নি।

### সূর্যগ্রহনশিং ঃ

১। তাং ২১।৬।২০০১ ইং ইঙাগী থাশি শগোলশেল নুমিত্তা পুর্নগ্রাস সুর্য্যগ্রহন লৈ। উরোই।

২। তাং ১৪।১২।২০০১ ইং হিয়াঙ্গেগী থাশি ইরাই নুমিত্তা বলয়গ্রাস সুর্য্যগ্রহন লৈ। উরোই।

### চন্দ্রগ্রহন ঃ

তাং ৫।৭।২০০১ ইং ইঙেনগী পুর্ণিমা শগোলশেল নুমিত্তা মচেক্তা উম্বা চন্দ্রগ্রহন তৌগনি।

উরোইদবা গ্রহনশিংগীদি অমাং অশেংগী ৱাফম লৈররোই।

**লক্ষ্মী পুজা ঃ**

তাং ২৩।৮।২০০১ ইং শগোলশেল

তাং ৩০।৮।২০০১ ইং শগোলশেল

তাং ২০।১২।২০০১ ইং শগোলশেল

তাং ২৭।১২।২০০১ ইং শগোলশেল

তাং ২১।৩।২০০২ ইং শগোলশেল

## চহি অসিগী সংক্রান্তি পুরুষকী হকচাংদা লৈবা নক্ষত্রশিংগী থরানম্রিচাকশিংগী মীওইবদা পিরিবা ফল

ইং ২০০১/২ চহিগী ওইনা

**শজিবু-কালেন (বৈশাখ) ঃ**

তাং ১৪।৪।২০০১ ইংদগী তাং ১৪।৫।২০০১

কোক্তা নক্ষত্র ১৯।২০।২১।২২।২৩।২৪।২৫ মীনা ইকাইখুম্নবী চিন্দান ২৬।২৭।১ হৈ শিংজৈ। থম্মোইনা নক্ষত্র ২।৩।৪।৫।৬ মচাক মরন চাওখৎনি। য়েৎকী খুত্তা নক্ষত্র ৭।৮।৯ লন চাওখৎনি ওইগী খুত্তা নক্ষত্র ১০।১১।১২ অৱা-নুংশি নংই। য়েৎকী খোংদা নক্ষত্র ১৩।১৪।১৫ নুংঙাই য়াইফৈ ওইগী খোংদা নক্ষত্র ১৬।১৭।১৮ কোইনা চৎলি।

## কালেন-ইঙা (জ্যৈষ্ঠ) ঃ

তাং ১৫।৫।২০০১ ইংদগী তাং ১৫।৬।২০০১ ইং

কোক্তা নক্ষত্র ১৯।২০ মীনা ইকাইখুম্নবী চিন্দানা ২ অনা অয়েক নংই মিং অনিদা নক্ষত্র ১৫।১৬।১৭।১৮ নাপল কাজৈ থম্মোইদনা ১০। ১১।১২।১৩।১৪ ওইজ ওইথক ফংজৈ। ওইগী খুত্তনা ৬।৭।৮।৯ অফা-অপুন নংই।। য়েৎকী খুত্তা নক্ষত্র ২৩।২৪।২৫।২৬ ওইজ ওইথক ফংজৈ। অমাংথোংদা নক্ষত্র ২১ অকি অখং নংই।

## ইঙা-ইঙেন (আষঢ়)

তাং ১৬।৬।২০০১ ইংদগী তাং ১৬।৭।২০০১ ইং

কোক্তা নক্ষত্র ২১।২২।২৩ ইকাই নুংশি নংই। মিং অনিদা নক্ষত্র ১৭।১৮।১৯।২০ মীনা ইকাইখুম্নবী। চিন্দা নক্ষত্র ২৬ অৱা নুংশি নংই। থম্মোইদা নক্ষত্র ৮।৯।১০।১১।১২ থোইনা চান্নবা মরুপ ফংজৈ। ওইগী খুত্তা নক্ষত্র ১৩।১৪।১৫।১৬ অফা-অপুন্নৈ। য়েৎকী খুত্তা নক্ষত্র ২৭।১। ২।৩ ওইজ ওইথক ফংজৈ। খাথোংদা (অমাংথোংদা) নক্ষত্র ২৪।২৫ কান্নফম খংদে। খোং অনিদা নক্ষত্র ৪।৫।৬।৭ কোয়না চৎলি।

## ইঙেন-থৱান (শ্রাবন)

তাং ১৭।৭।২০১ ইংদগী তাং ১৭।৮।২০০১ ইং

কোক্তা নক্ষত্র ৩।৪।৫ মীনা ইকাই খুম্নবী। থম্মোইদা নক্ষত্র ৯।১০। ১১।১২।১৩ হৈংবা পোকচৈ। চীন্দা নক্ষত্র ৬।৭।৮ মহৈ মশিং চাওখৎলি।

য়েৎকী খুত্তা নক্ষত্র ১৪।১৫।১৬।১৭ ওইজবা খরা-খরা ফংজৈ। ওইগী খোংদা নক্ষত্র ২৬।২৭।১।২ থবক মঁহে য়ান্দে।

## থাব্রান-লাংবন (ভাদ্র)

তাং ১৮।৮।২০০১ ইংদগী ১৭।৯।২০০১ ইং

কোক্তা নক্ষত্র ৫।৬ মীনা ইকাইখুম্নবী। চিন্দা নক্ষত্র ৮ অনা অয়েক নংই। মিৎ অনিদা নক্ষত্র ১।২।৩।৪ নাপল কাজৈ। ওইগী খুত্তা নক্ষত্র ১৯। ২০।২১।২২ অফা অপুন্নৈ। থম্মোইদা নক্ষত্র ২৩।২৪।২৫।২৬।২৭ ওইজ ওইথক ফংজৈ। খোং অনিদা নক্ষত্র ১৩।১৪।১৫।১৬।১৭।১৮ মীনা ইকাইখুম্নবী য়েৎকী খুত্তা নক্ষত্র ৯।১০।১১।১২ ওইজ-ওইথক ফংজৈ খাথোংদা নক্ষত্র ৭ অবা-নুংশি নংজৈ।

## লাংবন-মেরা আশ্বিন (মলমাম)

তাং ১৮।৯।২০০১ ইংদগী তাং ১৭।১০।২০০১ ইং

কোক্তা নক্ষত্র ৬।৭।৮ মীনা ইকাইখুম্নবী চিন্দা নক্ষত্র ১১ অবা নুংশি নংই। থম্মোইদা নক্ষত্র ২০।২১।২২।২৩।২৪ থোইনা চান্নবা মরুপ মপাং ফংজৈ ওইগী খুত্তা নক্ষত্র ২৫।২৬।২৭।১ অফা-অপুন্নৈ। মিৎ অনিদা নক্ষত্র ২।৩।৪।৫ মীনা ইকাইখুম্নবী খা থোংদা নক্ষত্র ৯।১০ অবা-নুংশি নংজৈ। য়েৎকী খুত্তা নক্ষত্র ১২।১৩।১৪।১৫ ওইজ ওইথক ফংজৈ। খোং অনিদা নক্ষত্র ১৬।১৭।১৮।১৯ কোইনা চৎলি।

## মেরা-হিয়াঙ্গৈ (কার্ত্তিক)

তাং ১৮।১০।২০০১ ইংদগী তাং ১৬।১১।২০০১ ইং

কোক্তা নক্ষত্র ১৫।১৬।১৭।১৮।১৯।২০ মীনা ইকাইখুম্নবী। থম্মোইদা নক্ষত্র ২৬।২৭।১।২ নুংঙাই য়াইফে। চিন্দা নক্ষত্র ২১।২২।২৩। ২৪।২৫ মীনা য়েংথী। য়েংকী খুত্তা নক্ষত্র ৩।৪।৫ ওইজ ওইথক ফংজৈ। ওইগী খুত্তা নক্ষত্র ৬।৭।৮ অৱা-নুংশি নংই। য়েংকী খোংদা নক্ষত্র ৯।১০। ১১ ওইজ ওইথক ফংজৈ। ওইগী খোংদা নক্ষত্র ১২।১৩।১৪ অৱা নুংশি নংই।

## হিয়াঙ্গৈ-পোইনু (অগ্রহায়ন)

তাং ১৭।১১।২০০১ ইংদগী তাং ১৬।১২।২০০১ ইং

কোক্তা নক্ষত্র ১৪।১৫ মীনা ব্যবহার তৌবী। মিৎ অনিদা নক্ষত্র ১০।১১।১২।১৩ নাপল কাজৈ। চিন্দা নক্ষত্র ১৭ অনা-অয়েক নংই। থম্মোইদা নক্ষত্র ৫।৬।৭।৮।৯ ওইজ ওইথক ফংজৈ। ওইগী খুত্তা নক্ষত্র ১।২।৩।৪ অফা-অপুন্নে। য়েংকী খুত্তা নক্ষত্র ১৮।১৯।২০।২১ ওইজ ওইথক ফংজৈ। খাখোংদা নক্ষত্র ১৬ অৱা নুংঙাইতবা নংই।

## পোইনু-ৱাকচিং (পৌষ)

তাং ১৭।১২।২০০১ ইংদগী তাং ১৪।১।২০০২ ইং

কোক্তা নক্ষত্র ১৫।১৬।১৭ মাইথিবা নংই। মিৎ অনিদা নক্ষত্র ১১।১২।১৩।১৪ মীনা ইকাইখুম্নবী। চিন্দা নক্ষত্র ২০ অৱা-নুংশি নংই। থম্মোইদা নক্ষত্র ২।৩।৪।৫।৬ থোইনা চান্নবা মরুপ-মপাং ফংজৈ। ওইগী

খুত্তা নক্ষত্র ৭।৮।৯।১০ অফা-অপুন্নে। য়েৎকী খুত্তা নক্ষত্র ২১।২২।২৩। ২৪ ওইজ-ওইথক ফংজৈ। খাথোংদা নক্ষত্র ১৮।১৯ অৱা-নুংঙাতবা ফংই।

## ৱাকচিং-ফাইরেন (মাঘ)

তাং ১৫।১।২০০২ ইংদগী তাং ১৩।২।২০০২ ইং

কোক্তা নক্ষত্র ২১।২২।২৩।২৪।২৫ মচাক মরন ফংজৈ। থম্মোইদা নক্ষত্র ৮।৯।১০।১১।১২ নুংঙাই-য়াইফৈ। চিন্দা নক্ষত্র ২৬।২৭। ১ য়াম্না নুংঙাইজৈ। য়েৎকী খুত্তা নক্ষত্র ২।৩।৪ নুংঙাই-য়াইফৈ। ওইগী খুত্তা নক্ষত্র ৫।৬।৭ মচাক মরন ময়েং তাই। খোইদৌদা নক্ষত্র ১৩ নুংঙাই-য়াইফৈ। খাথোংদা নক্ষত্র ১৪ অৱা-নুংঙাইতবা নংই। য়েৎকী খোংদা নক্ষত্র ১৫।১৬।১৭ নুংঙাইজৈ ওইগী খোংদা নক্ষত্র ১৮।১৯।২০ কোইনা চৎলি।

## ফাইরেন-লমতা (ফাল্গুন)

তাং ১৪।২।২০০২ ইংদগী তাং ১৪।৩।২০০২ ইং

কোক্তা নক্ষত্র ২০।২১ মীনা ইকাইখুম্নবী। মিৎ অনিদা নক্ষত্র ১৬। ১৭।১৮।১৯ নাপল কাজৈ। চিন্দা নক্ষত্র ২৩ অনা-অয়েক নংই। থম্মোইদা নক্ষত্র ১১।১২।১৩।১৪।১৫ ওইজ ওইথক ফংজৈ। ওইগী খুত্তা নক্ষত্র ৭।৮। ৯।১০ অফা-অপুন্নে। য়েৎকী খুত্তা নক্ষত্র ২৪।২৫।২৬।২৭ ওইজ-ওইথক ফংজৈ। খাথোংদা নক্ষত্র ২২ অৱা-নুংঙাইতবা নংই।

### লমতা-শজিবু (চৈত্র)

তাং ১৫।৩।২০০২ ইংদগী তাং ১৪।৪।২০০২ ইং

কোক্তা ন৭ত্র ২১।২২।২৩ মীনা ইকাইখুম্নবী। মিৎ অনিদা নক্ষত্র ১৭।১৮।১৯।২০ মীনা ব্যবহার তৌবি। চিন্দা নক্ষত্র ২৬ অব্রা-অনা নংই। থম্মোইদা নক্ষত্র ৮।৯।১০।১১।১২ থোইনা চান্নবা মরুপ-মপাং ফংজৈ। খাথোংদা নক্ষত্র ২৪।২৫ অব্রা-নুংঙাইতবা ফংই। খোং অনিদা নক্ষত্র ৪।৫। ৬।৭ মীনা ইকাইখুম্নবী।

## মৈতৈ সুবিকা

### থব্রাইমিচাক্কা নুমিৎকা য়েক্লবা

নোংমাইজিং নুমিত্তা থব্রাইমিচাক ১০।১১ য়েক্লে। নিংথৌকাবা ৮।৯ য়েক্লে লৈপাকপোকপা নুমিত্তা ১।১৭ য়েক্লে। য়ুমশকৈশ নুমিত্তা ৬।১৬ য়েক্লে। শগোলশেল ১৯।২৭ য়েক্লে। ইরাই ৪।১৫ য়েক্লে। থাংজ ৭।১২ য়েক্লে। হায়রিবা নুমিৎ অসিদা মথক্কী নক্ষত্র অসিনা পানবা নুমিৎ অদুবু থব্রাইমিচাক্কা (নক্ষত্র) নুমিৎকা য়েক্লবা কৌই। নুমিৎ অসিদা অফ-নুংঙাই তানখৎপা থবক তৌবা ফত্তে।

### থাদা নুমিৎনা তেকপা

শজিবু থাদা লৈপাকপোকপা তেকই। কালেন্দা নিংথৌকাবা, ইঙাদা নোংমাইজিং, ইঙেন্দা থাংজ। থব্রান্দা ইরাই। লাংবন্দা শগোলশেল, মেরাদা

য়ুমশকৈশ, হিয়াঙ্গৈদা লৈপাকপোকপা, পোইনুদা নিংথৌকাবা। ৱাকচিংদা নোংমাইজিং ফাইরেন্দা থাংজ। লমতাদা ইরাই তেকই।

হায়রিবা থাশিং অসদা মথক্কী নুমিৎশিং অসিবু থাদা নুমিৎনা তেকপা কৌই। মসিদা থবক তৌবদি অতেক অকায় থোক্কল্লি।

## ফি হৌবা, ককপা, ফবা থাবান অমদি নুমিৎ

থাবান (তিথি) ২।৩।৫।১০।১৩।২১।২২।২৫।২৬ নি পানবদি ফি হৌবা ফৈ। নোংমাইজিং নুমিত্তা ফি হৌরগা লম্বীদা তাহৌগল্লি। নিংথৌকাবদা হৌরবদি লন ফংজৈ। লৈপাকপোকপদা অপাৎ-অপোম তৌএ। য়ুমশকৈশদদি মথক থোংবশিংনা চাল্লে। শগোলশেনদি মহৈ-মশিং হৈএ। ইরাইদি মীনা য়েংশিল্লে। থাংজদি অৱা-নুংশি নংএ।

## উ,ৱা, শিং, ই পুশিনহৈদবা

থৱাইমিচাক (নক্ষত্র) ২২।২৩।২৪।২৫।২৬।২৭ নি পানবা নুমিত্তা মথক্কী পোৎলমশিং পুশিনবা ফত্তে। অৱা-নুংঙাইতবা থোকই।

## পোৎ-চৈ পিথোক-পিশিন ফত্তবা

থৱাইমিচাক (নক্ষত্র) ২।৪।৬।৯।১০।১১।১২।১৮।১৯।২০।২১। ২৫।২৬ অসিনা পানবা নুমিত্তা য়ুম্বানবা মীনা পোৎ-চৈ পিথোকপা অমদি লৌশিনবা ফত্তে।

## ষন, ইরোই লৈবা-য়োনবা ফত্তবা

থরাইমিচাক (নক্ষত্র) ১।৭।৮।১৩।১৬।১৮।২৩।২৪।২৭ নি পানবা নুমিত্তা ষন, ইরোই লৈবা য়োনবা ফত্তে।

## ঈ খুদেং লৈবা

থাবান (তিথি) ৪।৬।৭।৮।৯।১০।১৩।১৪।১৫।১৬।১৭।১৮। ১৯।২০ নি পানবা ঈ-খুদেং লৈ থা খুদিংগী থাবানশিং অসিদা অপোকপা খুরুমবনচিংবা লাইগী থবক তৌবা ফত্তে।

## লাইজৌ লৈবা

থাবান (তিথি) গী মতুংইন্না নোংপোক্তা ১।৬।১১।১৬।২১।২৬, খাদা ২।৭।১২।১৭।২২।২৭, নোংচুপ্তা ৩।৮।১৩।১৮।২৩।২৮, অরাংদা ৪।৯।১৪।১৯।২৪।২৯ লৈথক-লৈখাদা ৫।১০।১৫।২০।২৫।৩০ থা খুদিংগী থাবান অসিদা লাইজৌ লৈ। লাইজৌ মাংওইননা অমসুং য়েৎওইননা চৎপা ফত্তে।

## যোগীনি লৈবা মাইকৈ

থাবান (তিথি) ১।৯।১৬।২৪ নোংপোক ৩।১১।১৮।২৬ নি মৈরম ৫।১৩।২০।২৮ নি মখা, ৪।১২।১৯।২৭ নি শঙ্গোং, ৬।১৪।২১।২৯ নি নোংচুপ ৭।১৫ নি কৌব্রু, ৮।১৩।২৩ নি চিংখৈ। যোগীনি লৈবা মাইকৈবু মাংওইননা যাত্রা তৌদুনা চৎপা ফত্তে।

## খুন্নক লাইজৌ লৈবা

থাবান (তিথি) ১।১১।২১ নি পানবা ইমুং কারন্দা লৈ, য়ুম শাবা শেম্বা ফত্তে।

থাবান (তিথি) ২।১২।২২ নি পানবা থোংজিন্দা অমসুং খুলক্তা লৈ, থোং ফাৎপা শেম্বা, অঙাং পুদুনা লৈকায় কোইবা চৎপা ফত্তে।

থাবান (তিথি) ৩।১৩।২৩ নি পানবা কাঙ্খদা লৈ ফমুং হোংবা, কাঙ্খ ব্রাইশিংপা ফত্তে।

থাবান (তিথি) ৪।১৪।২৪ নি পানবা ফুঙ্গা লাইরুদা লৈ। ফুঙ্গা তৌবা, অপোকপা, উং-ব্রাই পেকথোকপা, ফুঙ্গাদা ঙা লৌবা, মৈ পিথোকপা ফত্তে।

থাবান (তিথি) ৫।১৫।২৫ নি পানবা ইখোলদা লৈ, মরু মরাং থাবা ইখোল শুবা ফত্তে।

থাবান (তিথি) ৬।১৬।২৬ নি পানবা খুন্দোন্দা লৈ, খুন হোংবা, খুল্লক্তা নিন খোংবা ফত্তে।

থাবান (তিথি) ৭।১৭।২৭ নি পানবা ঈশিংদা লৈ, ঈশিংদগী লাই লৌখৎপা অঙাং-পুদুনা ঈশিং কুম্বা, ইথোং ফাৎপা পুজা তৌবা ফত্তে।

থাবান (তিথি) ৮।১৮।২৮ নি পানবা লম্বীদা লৈ, লম্বী শেম্বা লমখোং ফাৎপা লমজেন চেনবা নিংথৌনা (অঙম্বনা) লম চৎপা ফত্তে।

থাবান (তিথি) ৯।১৯।২৯ নি পানবা লৌদা লৈ, লৌ পানবা, ঈশিং লৌখোং তৌবা ফত্তে।

থাবান (তিথি) ১০।২০।৩০ নি পানবা চীংদা লৈ। চীং-মান চৎপা ফত্তে খুদোং থিগল্লি।

## কাল কৌবা লাইনা লৈবা

থাবান (তিথি) গী মতুং ইন্না নোংপোক্তা থাবান ১।৮।১৫।২০।২৩ নি লৈ।। মৈরম ৩।১০।১৭।২৫ নি লৈ। মখাদা ৫।১২।১৯।২৭ নি লৈ। শম্থোংদা ৪।১১।১৪।১৮।২২।২৬।৩০ নি পানবা লৈ। নোংচুপ্তা ৬।২৮ লৈ। কৌব্রুদা ৭।১৩।২৯ নি লৈ। অব্রাংদা ২।৯।১৬।২৪ লৈ। কালনা লৈবা মাইকৈদা শাজৎ-লানচৎপা ফত্তে অব্রাবা খুদোংথিবা থোকল্লী।

## চন্দ্রমা লৈবা মীইকৈ

নুমিৎ খুদিংগী রাশিগী মতুংইন্না লৌবিগদবনি।

মেষ, সিংহ, ধনু ঃ নোংপোক্তা লৈ। বৃষ, কন্যা, মকর ঃ মখাদা লৈ। মিথুন, তুলা, কুম্ভ ঃ নোংচুপ্তা লৈ। কর্কট, বৃশ্চিক, মীন ঃ অব্রাংদা লৈ। চন্দ্রমা লৈবা মাইকৈদা মায়য়োক্লনা চৎলবদি অফবা ওই (মঙ্গল ওই) যোগিনীনচিংবা লৈদুনসু দোষ লৈতে। য়েৎওইনবসু ফৈ। ওই-ওইনবা তুংওইনবা ফত্তে। তীর্থ (লাইফম্নচিংবা) চৎপদা য়েংবিগনি, লোইননা থবক্কী ওইনা অহানবা চৎপা ট্রান্সফার (পোষ্টিং) নুমিৎকী ওইনা খংজিনবদা কান্নগনি।

## মাইকৈ ফত্তবা নুমিৎশিং

থাংজ, নোংমাইজিং নোংপোক চৎপা ফত্তে, নোংমাইজিং, ইরাই নোংচুপ, লৈপাকপোকপা, য়ুমশকৈশ অৱাং চৎপা ফত্তে। শগোলশেন্দা মখা চৎপা ফত্তে। লম চৎথোকপা, যাত্রা তৌবা, যোগিনী, লাইজৌ ফত্তবা নুমিৎশিং য়েংদুনা চৎলগা অফবা (মঙ্গল) ওইগনি।

## খোাই মহম শাবগী ফল

নোংপোক্তা শারবদি ফৈ। মৈরমদি অনা অয়েক নংএ মখাদি মী শিএ, শঙ্গোংদদি মচা মশু ফত্তে। নোংচুপ্তা ষন-ইরোই, হুই হৌদোং শিএ, কৌব্রুদা শারবদি মপু শোকই অদুবু লনদি ফংজে। অৱাংদি লন চাওখৎলি, চিংখৈদি পুক্লিং নুংঙাই ফম নাইএ।

## থাবানগী মতুং ইন্না চাহৈদবশিং

পানখৎলকপা (শুক্লপক্ষ, নিম্মাং) শিথরকপা (কৃষ্ণাপক্ষ, নিন্দুং) অনিমক্কী থাবান তিথি। ১।১৬। প্রতিপদ ঃ- তোর্বোত চাহৈদে লন ময়েং তাই। ২।১৭ দ্বিতীয়া ঃ- লৈপুং খাংঙা চাহৈদে শোক পল্লি। ৩।১৮ তৃতীয়া ঃ- পটোন চাহৈদে য়েক্লবা চাওখৎলি। ৪।১৯ চতুর্থী ঃ- মুলা চাহৈদে লন ময়েং তাই। ৫।২০ পঞ্চমী ঃ- হৈখাগোক চাহৈদে মিংচৎ থি। ৬।২১ ষষ্ঠি ঃ- নিম চাহৈদে শা ওইনা পোকই। ৭।২২ সপ্তমী ঃ- কোনা চাহৈদে জ্ঞান মমই বুদ্ধি লৌশিং থোক্তে। ৮।২৩ অষ্টমী ঃ- য়ুবী চাহৈদে পাপ লংশিল্লি। ৯।২৪

নবমী ঃ- খোংক্রম চাহৈদে পুকচেল ফত্তে। ১০।২৫ দশমী ঃ- কোলমনি চাহৈদে পাপ লংশিল্লি। ১১।২৬ একাদশী ঃ- হব্রাই উরি চাহৈদে হকচাং শোল্লি। ১২।১৭ দ্বাদশী ঃ- নুংশি হিদাক চাহৈদে পাপ চেল্লী। ১৩।২৮ ত্রয়োদশী ঃ- খামেন চাহৈদে মচাক মরন মাংই। ১৪।২৯ চতুর্দ্দশী ঃ- শগোল হব্রাই চাহৈদে লাইনা চেল্লি। ১৫।৩০ পুর্ণিমা / থাশি ঃ- শা-ঙা চাহৈদে পুন্সি তেল্লী।

## হৌজিক-হৌজিক চৎনরিবা থাজৎ

### শজীবু থা

"খোইয়ুম লাইমরূ শিদবা মালেম লৈওইবগী চীরে, লাংয়েন মচী পাম্ফোই থোক্লে হায়বগী লোইদাম থাবুঙ্ শচীফোইথা কৌএ", (চৎনবীগী মতুং ইন্না শজীবু থা হায়না খংনরী) থা অসিদা নোংমাইজিং নিংথৌকাবা তৎনৈ লৈপাকপোকপা লকঙনী চীথ্রেদা থাশি মাইগেনি ৬ নি ৭ নি পানবদা কেতু লৈখুন চংই অমসুং ২১ নি পানবদা লৈশা লৈবা নুমিৎনি।

### কালেন

"লোইদাম কুন্বী কালেন্থা কৌবদি ইয়ুব্রাক চীথ্রোং, পোইরেতোনগা মপাবুং শীংমিন্নবদী অমল্ শীংগুন্নে। অদু নোংগী নোংজু নুংশা খাংলে হায়বগী লোইদাম কুন্বী কালেন্থা কৌএ।" থা অসিদা য়ুমশকৈশ ইরাই তৎনৈ

শগোলশেন্না লকঈনী অৱাংদা থাশি মাইগৈনী ১০।১১ নি পানবা কেতু লৈখুন চংই ১৯ নি পানবা লৈশা লৈবা নুমিৎনি অমসুং ২।৩ নি পানবনা নামুংবা নুমিৎনী।

## ঈঙা থা

"অশাও ঈঙা থা কৌবদি চীঙ্খোং পোইরৈতোন্না মপারি শিদবুং শীংমিন্নবনা অমল থরে কুন্নদা য়াইবী মনুংহৌ তিল্লাং মখোই শাওনবা ওইখিএ, অদু নোংগী অশাও ঈঙা থা কৌএ।" থা অসিদা নোংচুপ থাশি মাইগৈনি। লৈপাকপোকপা তৎনৈ, য়ুমশকৈশ লকঈনি ৬।৭ নি পানবদা কেতু লৈখুন চংই ১৭ নি পানবনা লৈশা লৈএ। ৮।২৩ পানবদি নামুংবা নুমিৎনি।

## ঈঙেন থা

"হয়েং ঈঙেন্থা কৌবদি তাইবং শীংমিৎ শিদবুংনা অমল থরে কুন্নবদা লৈনুং থোঙ্ঙারেন অহলবনা মপল চীঙ্খোং পোইরৈতোন্না ৱারন্নগনী হায়বগী অমুক হলৱাইলক্লে। অদু নোংগী হয়েং ঈঙেন্থা কৌএ।" থা অসিদা শগোলশেল থাংজ তৎনৈ, ইরাইনা লকঈনী কৌব্রুদা থাশি মাইগৈনী থাবান ৪।৫ নি পানবদা কেতু লৈখুন চংই ১৫ নি পানবনা লৈশা লৈ, ৬।১১ পানবদী নামুংবা নুমিৎনি।

## থব্রাম্থা

থব্রান ব্রানতথা কৌবদি "খোইমোম লাইমরূ শিদবী লৈমরেন্না হে খোইয়ুম লাইমরূ শিদবা ও তাইবং মরূ ওইনবা নংগী শমু হকচাংবু উনবী মচেৎহকপু পুঙমদরে হায়না উৎনা ব্রানা খাংলমএ" অদু নোংগী থব্রান ব্রান্তথা কৌএ। থা অসিদা নোংমাইজিং নিংথৌকাবা তৎনৈ, লৈপাকপোকপনা লকঈনী চীখ্বোদা থাশি মাইঁগেনি। থাবান ১০।২০ নি পানবদা কেতু লৈখুন চংই ১৪ নি পানবদা লৈশা লৈবা নুমিৎনি। ১।১৫ নি নামুংবা নুমিৎনি।

## লাংবম্থা

"অচিৎ লাংবম্থা কৌবদি ইয়ুব্রাক চীখ্বোং পোইঁরেতোন্না মালেম খুনজাওরকঁঙেদা থৌদুনুংথোংহাংঙেদা মপারিবু চিখরমএ অদুনোংগী অচিৎ লাংবম্থা কৌএ। থা অসিদা য়ুমশকৈশ ইরাই তৎনৈ শগোলশেন লকঈনি, অব্রাংদা থাশি মাইঁগেনি। থাবান ৩।৪ নি পানবাদা কেতু লৈখুন চংই ১১ নি পানবদা লৈশা লৈ অমসুং ৮।২৩ নি পানবদা নামুংবা নুমিৎনি।

## মেরা থা

"আরে মেরা থা কৌবদি লৈনুং থোঙঙারেন অহানবনা তাবুং শীংমল্লবদা পাওমেল্লকএ নাপল পোইঁরেতোন্না থৌদু নুংথোং হাইনা খোইয়ুম লাই অরিববু চীখ্বোং নামিয়োক্না ব্রাফম মশা কল্লোই হাইনা মশা মরেং পাইনা

পাওমেল্লকএ। অদু নোংগী আরে মেরা থা কৌএ" থা অসিদা লৈপাক-পোকপা তৎনৈ, য়ুমশকৈশ লকঈনে, থাবান ৬।৭ নি পানবদা কেতু লৈখুন চংএ ৯ নি পানবনা লৈশা লৈএ, অমদি নামুংবা নুমিৎনি।

## হীয়াঙ্গৈ

"চীখম হীয়াঙ্গৈ থা কৌবদি খোইয়ুম কৌবরেন অসুপ্পনা মালেম লৈশেম নুংশেম লোইরবদা অচীক অশাও থাইনা মালেম লৈরেপ লোইরবদা লৈয়োন থাক লেমহৌববু চীঙুভু মপুরেন নামুংবদা চীক্লা থুপ্পা থনমএ, অদু নোংগী চীখম হীয়াঙ্গৈ থা কৌএ" থা অসিদা শগোলশেন থাংজ তৎনৈ, ইরাইনা লকঈনি। কৌব্রুদা থাশি মাইগেনি। থাবান ১।১১ নি পানবা কেতু লৈখুন চংই ৭ নি পানবদা লৈশা লৈ অমসুং ১।২৫ নি পানবদা নামুংবা নুমিৎনি।

## পোইনু থা

"উন্দুম পোইনু থা কৌবদি গুরু শিদবনা মপারি ৩ শাৎপদা ঐগী ইতিক কনানা খংবগে হায়না কুরুম চীংদগী ষন থৌরকপদা মপারি ২ দি খংলমদে। মপারি খোম্মদোন, অতোনবনা খংলমএ, অদু নোংগী উন্দুম পোইনু থা কৌএ" থা অসিদা নোংমাইজিং নিংথৌকাবা তৎনৈ লৈপাকপোকপনা লকঈনি। থাবান ২।৩।৫ নি পানবদা কেতু লৈখুন চংই ৪ নি পানবনা লৈশা লৈ, ২।১০ নি পানবদি নামুংবা নুমিৎনি।

## ব্রাকচীং থা

ব্রাকচীং নিংথম থা কৌবদি খোইয়ুম শিদবনা খোইমোম লাইরেম্বীদা তাইবং নিংশা পানবগী থব্রাই হোল্লিববু নোংদম্বীগে হায়বগী লৈরাং য়ুমজংলববু অব্রা হুইরাং শেন্নবগী চীঙ্ঙু হকচাংলেনবু পুঙমদ্রবী থা থোক্লে খোইয়ুম লাইনিংথৌদি অব্রা ঈশৌলাংনা খাংলমএ — অদু নোংগী ব্রাকচীং নিংথম থা কৌএ" থা অসিদা য়ুমশকৈশ ইরাই তৎনৈ শগোলশেননা লকঈনী, অব্রাং থাশি মাইঁগেনি, থাবান ৬।৭ নি পানবদা কেতু লৈখুন চংই ২ নি পানবা লৈশা লৈ ১২।২৭ নি পানবদি নামুংবা নুমিৎনি।

## ফাইরেম্বা

"অশিৎলঙ্গ ফাইরেম্বা কৌবদি খোইয়ুম লাইনিংথৌ তম্পাক লৈশেম্বনা তাইবং নমু ওইহনগে হালোক হাথহনগে হায়বগী পাইমা মনিংশা মালং য়াইবীরেন্না মালেম তম্পাক লৈহন মথক্কী থব্রাই পুম্নমকপুসু মালং য়াইবী চরোইননা লংনা শিৎপা হঙ্গল্লকএ, অদু নোংগী অশিৎলঙ্গ ফাইরেম্বা কৌএ। থা অসিদা লৈপাকপোকপা তৎনৈ য়ুমশকৈশনা লকঈনি। নোংচুপ্তা থাশি মাইঁগেনি, থাবান ১০।১১ নি পানবা কেতু লৈখুন চংই ২৬ নি পানবনা লৈশা লৈ, ২৩।২৯ নি পানবদি নামুংবা নুমিৎনি।

**লমতা থা**

লোইদাম খাবী লমখাই থা কৌবদি খোইয়ুম লাইমরূশিদবনা তাইবং নমু পোং ওইবগী চান-থক্ল পুম্নমক মালেম লৈদা থারে, মরূ পোকখাইদুনা মরা-মরী চৎলে মপাল শারে হায়বগীদমক লোইদাম খাবী লমখাইথা কৌএ" থা অসিদা শগোলশেন থাংজ তৎনৈ ইরাইনা লকঈনি কৌব্রু থাশি মাইঁগৈনি। থাবান ২।৩ নি পানবা কেতু লৈখুন চংই। ২৪ নি পানবদা লৈশা লৈ ১।২ নি পানবদি নামুংবা নুমিৎনি।

**য়েংবিগদবা ঃ** থাশি মাইঁগৈদা শা-ষন পুথোক-পুশিন তৌবা, য়ারেকপা, লুহোংবনিচংবা অফ-নুংঙাইগী থবক তৌবা ফত্তে। তৎনবা নুমিত্তা অনাবগী লাইখৌবা, তিল্লি-লাইরি থৎপা খরা নত্তনা অঁতৈদি পাংদে, কেতু লৈখুন চংবা, লৈশা লৈবা, নুমিত্তা লম অরাপ্পদা যাত্রা তৌদুনা চৎপা, লৈপাক তৌবা পাংদে, নামুংবা নুমিত্তা লাইগী-তিনগী থবক তৌবা, লম চখোকপা ফত্তে।

# চহি অসিগী রাশি ফল

**মেষ ঃ** হোৎনজরকপা অমদি নিংজরকপা থবক পাংথোকচবা য়াবা চহিনি। মরক-মরক্তা খুনু মখোংদা শম লৌবগুম্বা খরা থোক্তুনসু হোৎনজমন্দি মাংবা য়ারোই, মমৈথংদা জয় ওইজগনি। খুদোংচাদবা মতমদা চ্যেকশিনবা লৌশিংগী থৌরাংনা খুদোংচাবা ফংজগনি অমসুং ওইজ ওইথক ফংজবা য়াই।

**ইমুং মনুং ঃ** - শান্তি ওইগনি, অফবা থৌরাং কয়ানা হিংনবা লম্বীদা কান্নবা খরা লাক্কদৌরি, অদুবু শাগে নাতৈশিংগী মরক্তগী হীশা-নাইশাবা য়াওরক্তুনা খৎন-চৈনবা পুক্লিং চরাংনবা খরা লাকপা য়াই। পুক্লিং লৈতাবা ফৈ।

**শেল থুম ঃ** - তাঞ্জরকপা লন খোমজিনবা ঙমজগনি চেকশিনগদবনি করিগুম্বা দশা ফৎলমদ্রবদি মরম চাদনা শেঞ্জাও চৎপা, মীনা ওৎ-নৈবগী নুংঙাইতবা খর ফংবা য়াই, দশানা ফরমলবদি থোইদোকপা তৌরোই।

**মরুপ-মপাং ঃ** - চীনবাম্বোংদা খোইহী তৈবা পুক্নুংদা হু ফুম্বা মরুপ খরা থেংনরগদৌরি, মীনা উশিত্তবা অমসুং ওৎ-নৈবা থৌদোক খরা ফংবা য়াই, অদুম ওইদুনসু য়েক্লববু জয় তৌদুনা পুন্সিগী লমজেন্দা খুদোং চাবা ফংজগনি।

**ছাত্র-ছাত্রীশিংগী ঃ** - মহৈ-মশিং তমজবদা মহৌশাদগী খরা ফকৎপা ওইরগনি চাওখচ্চবা য়াবা চহিনি। পুক্লিং লৈতানা হোৎনবা ফগনি।

**অনা-অয়েক ঃ** - মরক-মরক্তা হকচাং নুংাইতবা মতেক-মতেক ওইনা পীরগদৌরি, শক-চু থোক্তবা ঙক্কী-লুশম নাবা, কোক্কী লাইনা চেনবা চাবা তুমদবগী লাইনা খরা ফংবা য়াই, য়াম্না হেন্না পাংদবদি তৌরোই।

**থবক ইথ্রাং ঃ** - কারবারদা শেন ফংজগনি, অথুম-অহাও ললোনবা কান্নে মরোন লোনবা মী তিন্নদুনা থবক তৌমিন্নবা ফৈ। চেকশিনগদবা পোইনু থাদা খংমাং মাংবা য়াবা অমা লৈ। মহৌশাগী ওইনা নোংমাইজিং নুমিৎ মখা নক্ষত্র (১০) থাবান ১।৬।১১।১৬।২১।২৬ নি পানবা অসি পক্লদবা নুমিৎনি।

**বৃষ ঃ** চহি হৌগৎলকপদগী মীনা য়েংশিনবা অরেম্বদা লন ময়েং তাবা বুদ্ধি লৌশিং থোক্তবা খরা পিরগদৌরি অদুম ওইনমক কালেন ৩ নি পানবদগী অফবা মঙ্গল ওইবা পিবিরগনি। হোৎনরুবা থবক পাংথোকচবা অমসুং ওইজ-ওইথক ফংবা ওইগনি। মীনা মিৎয়েং চংশিল্লকপদগী খংহৌদনা অয়েৎ-অপন নংবা য়াবসু লৈ। থব্রাছ্যাগী মনুংদা কনাগুম্বা অমগীদমক মীমাং ফম্বা অমদি শক-চু থোক্তবা থৌদোক খরা থেংনবা য়াবা লৈ।

**ইমুং-মনুং ঃ -** লৌরি যুম্ফম ফংবা য়াই, মীনা শন্মান তৌগনি। থকশি খাশি নাইনা পানবা য়াবা চহিনি। করিগুম্বা জীব পানবা অমা চংলকপা ওইজবা শিৎপা য়াবসু লৈ। অদুম ওইনমক মীগা য়েৎনদুনা লৈরম্বা থবক্তি পাংথোকপা ঙমজরগনি।

**মরুপ-মপাং ঃ -** মরুপ মপাংশিংগী উপায়দগী পঙ্থরম্বা থবক পাংথোকচগনি, অমসুং য়েক্লবগী চক্রিদগী নাম্ভোকচগনি। অদুবু মখা থাবা মীনা উশিত্তবদগী পুক্নিং চরাংনবা খরদি থোকপা য়াই। মেরা থাদগী মরুপ মপাংশিংগা তিন্নদুনা থবক তৌজবা কান্নগনি।

**শেন-থুম ঃ -** কান্নবদি ফংজগনি অদুবু শেনদি তুংবা য়ারোইদৌরি খরচ য়াম্না তৌফম লৈ শিন্নবা থুংগন্দবা মতমনি। খর চেকশিনবা ফৈ।

**ছাত্র-ছাত্রীশিংগী ঃ -** মহৈগী মরিদা থোইদোক্লা অকায়বদি লৈতে। অদুবু জুলাই ৪ দগী আগষ্ট থা ফাওবগী মনুংদা শঙ্গী দোষতগী মীৱা-মীশা তাবা পিরি। ৱাখন নুংঙাইতবদগী শিক্ষাগী খোংথাংদা খুরৌ চেনবা য়াই।

**অনা-অয়েক ঃ** - ঙৌ-য়া, খৌরি নুংঙাইতবা, শ্বরগী যন্ত্র শোক্লা নুংঙাইতবা চিফেৎ-চিফেৎ ওইনা ফংবা য়াই, চহি ৪৩ দগী ৫৬ ফাওবগী মনুংগী মীওইশিংদি যন্ত্র তৌবা ফৈ, থিনবা লেংবা, শাগৎ-ঙাংখৎপা অমদি শোকপা য়াবা লৈ।

**থবক-ইথ্বাং ঃ** - চাউখৎ খোংথাংদা খুরৌ খরা চেনগদৌরি মীব্রা চানরুবদগী অমদি শাগৈ নাতৈশিংগী খুদোংচাদবা থৌদোক্তগী ওইজবা খরা নাহ্বোকপা, য়াবা অমদি নিংজিং মাংজিংনবা য়াবা লৈ। পোইনু পানখৎলকপদগী লমতা থাশি ফাওবগী মনুংদা খুদোংচাবা ফংজগনি। মহৌশাগী ওইনা থাংজ নুমিৎ হস্তা নক্ষত্র (১৩) পানবা, থাবান ৫।১০।১৫।২০।২৫।৩০ নি পানবা অসি পক্লদবা নুমিৎনি।

**মিথুন ঃ** পুন্সিগী তাঙ্গরকপা হিরমদা পষ্ণুংফম তানবা খরা ব্রানা থোক্কদৌরি। মীনুংশি খাংবা হৈতবদগী মীব্রা-মীশা তাবা মীনা য়েংশিনবা লন-ময়েং তাবা অমসুং থবক খরা শিৎপা য়াবা লৈ। ইঙা থাদগী খরা ফগৎলগনি। থব্রাহ্বাদা কনাগুম্বা অমগী থৌজান্না কান্নবা ফংজগনি। খুদোংথিবা কয়া লাক্কুনসু পুকচেল শেংজবনা মরম ওইদুনা থবক্তা লৈতানা চখজবা ঙমজগনি।

**ইমুং মনুং ঃ** - শান্তি খরা ব্রাৎকদৌরি লৈমিন্নবা মীশিংগা মত তিন্নরক্তবদগী মীনা উশিৎলক্তবা অমদি পুক্লিং চরাংনবা খরা ফংবা য়াই। অদুম ওইনমক কনাগুম্বা মরুপ অমগী মতেংদগী খুদোংথিবা য়াবা মরম কয়াদগী নাহ্বোকচগনি। ইঙা থাদগী থব্রাহ্বা ফাওবগী মনুংদা থব্রাই নুংঙাইতবা থৌদোক অমত্তুং ফংবা য়াই।

**মরুপ-মপাং ঃ** - মীনা খরা য়েংশিল্লকদৌরি, কনাগুম্বা চান্নবা মরুপ অমা কায়নবগী নুংঙাইতবা খরা ফংবা য়াই। মীব্রা চানরুবদগী খুদোং চাদবা থৌদোক খরসু থেংনরবা য়াই।

**শেন-থুম ঃ** - ওইজ ওইথক্লচিংবদি ফংবা য়াই অদুবু হান্নগী ফুক্কৎনবা হোৎনবদা খুত্তা তুংবা য়ারোইদৌরি, হিয়াঙ্গৈ থাদগী খরা ফগৎলগনি। পুক্লিংনা থাজদনা লৈরুবা থবক অমদগী কান্নবা ফংজগনি।

**ছাত্র-ছাত্রীশিংগী ঃ** মহৈ-মশিংগী লম্বীদা খুরৌ খরা চেনগদৌরি। বুদ্ধি তাগন্দবা মতমনি, থব্রাহ্মাদগী খরা ফগৎলগনি মীকোক থোংবা ওইবা য়াবা লৈ। মরম অসিনা থব্রাই য়াওনা হোৎনবা ফৈ।

**অনা-অয়েক ঃ** - হকচাংদি কয়া নুংঙাইরোইদৌরি ইঙেছাদগী হৌনা ফত্তবা হৌই। কোক ঙাওবা, মিৎ নুংঙাইতবা, চাকখাওদা বেরা চেনবা ঈশিং মরি নুংঙাইদবা খরদং ফংবা য়াবা লৈ। চহি ৫৭ তগী ৬৯ গী মনুংদা লৈবা মীওইশিংনা খ্বাং-য়াংলেন নাবা, পুক্তা মতুম তাওবা, লাইমন কাংবনচিংবা খরা ফংবা য়াই।

**থবক-ইখ্বাং ঃ** - মখন মখাগী ওইবা থবক্তা পুক্লিং চরাংনবা খরা লাক্কদৌরি, অমবু তৌশিরা, অমবু হোৎনশিরা খল্লিঙৈদা খুদোংচাবা নাহ্রোকখিবা য়াবা লৈ। মরম অদুনা অখন্নবা অমদা উইন কন্না হোৎনবা ফৈ। থব্রান লাংবন অসিদা কান্নবা ফংজগনি। মহৌশাগী ওইনা নিংথৌকাবা নুমিৎ স্বাতী নক্ষত্র (১৫) না পানবা নুমিৎ অমদি থাবান ২।৭।১২।১৭।২২।২৭ নি পানবা অসি পক্লদবা নুমিৎনি।

**কর্কট ঃ** শেমগৎ-শাগৎপগী মরম খুদিংমক্তা মপুং ফানা পাংথোকপা য়ারোইদৌরি। করিসু নত্তবা থৌরম অমগীদমক মীগা মুক্নবা মরুপ মপাংশিংগা নুংঙাইনদবা থৌদোক খরা থেংনবা য়াবা লৈ। অরোন-অথুপ্পা মরম অমগীদমক মাঠা শাবা য়াই। চহি হৌগৎলকপদগী ইঙা থা ফাওবগী মনুংদা মীনা হী-নাই শাদুনা শোক-পনবা য়াবা লৈ। চহি ৪২ দগী ৬০ গী মনুংচনবা মীওইশিংনা সম্পতিগী মরমদা ব্রাথোকপা য়াই।

**ইমুং মনুং ঃ** - থোইনা ফত্তবদি লৈতে, মী ১ গী ফিভম চাদবা থৌদোক অমদগী নুঙাইতবা খবা পোকপা য়াই। ফংলকপা শেন থুম মফম-ময়াং খংদবনা ইমুং-মনুং খরা মগী লাঙ্গদৌরি। ইঙেন থাদা ইমুংগী সম্পতি চাউখৎপা য়াই। লাংবন থাদগী কনাগুম্বা মরী-মতা থোকপা মী অমগী মতেংদগী লন ফংজবা পিবি।

**মরুপ-মপাং ঃ** - মী তিন্নবদা মীশক খন্না তিন্নদবা য়াদবা চহিনি পুকচেল শেংদবা মরুপ-মপাং থেংনগল্লি। মপান্তোংদা নুংশিনবা মতৌ মাল্লগা মনুং হুঞ্জিল্লকপদদি য়েক্লবা ওইরকপা য়াবা লৈ। মেরা থাদা মরুপ মপাংগী মতেংদগী মিং চৎপা য়াবা অমা লৈ।

**শেন-থুম ঃ** - খুত্তা শেন তুংবা য়াগন্দবা চহিনি। কান্নবদি মচিৎ-মচিৎ ওইনা ফংগনি। শেন থুমগী খুদোং চাদবা মতমদা খংহৌদনা উপায় অমা লাক্নুনা পুক্লিং পেঞ্জবা অমসু থোকপা য়াই। লাংবন্থাদগী ফাইরেন থা ফাওবগী মনুংদা অরূ-অহেনগী পোৎচৈ ফংজবা অমদি লৈফমগী চাওখৎপা ফংবা য়াবা লৈ।

**ছাত্র-ছাত্রীশিংগী ঃ** - মহৈ-মশিংগী লম্বীদা পুক্লিং চরাংনগদৌরি নিংজবা অমা তৌথোরকপনা অমা ওইনা ওন্ন-তৈনগনবা মতমনি। মেরা থাদগী ফগৎপা হৌগনি। বুদ্ধি লৌশিং চাউখৎনগনি। মহৈগী মরিদা পন্দুনা লৈরম্বা অদু পাংথোকপা ঙম্লগনি।

**অনা-অয়েক ঃ** - হকচাং তাং-তাং নুংঙাইতবা, ৱাখলগী লায়না পোকপা কোক্তা বেরা চক্রী থাংবা অমসুং চিফেৎ-চিফেৎ ওইনা নুংঙাইতবা ফংবা য়াই। লমচৎ চুমদবদগী হকচাংগী ওইবা নুংঙাইদবা থোকপা য়াই চেকশিনবা ফৈ।

**থবক-ইথ্বাং ঃ** - পুক্লিং পেঙ্গফম খংদবা চহিনি। নুমিৎ চুপ্পা থবক্কী মরিদা পুক্লিং ইশাওতা শাওগত্তুনা লৈগদৌরি, চুম্নগী থবক্তা অমদি লৌ-ইথ্বোলগী থবক্তা কান্নবদি ফংজগনি। অতোনবা জাতীগা তিন্নরুবদগী অৱাবা নংবা য়াবা লৈ। ফাইরেন্থ্বা ফাওবগী মনুংদা থবক তৌবগী খুদোংচাবা মতমনি। মহৌশাগী ওইনা য়ুমশকৈশ নুমিৎ অনুরাধা নক্ষত্র (১৭) না পানবা নুমিৎ থাবান্না ২।৭।১২।১৭।২২।২৭ নি পানবা পক্লদবা নুমিৎনি।

**সিংহ ঃ** মহৌশাদগী ফিভম খর ফগৎপা ওইগনি। করিগুম্বা ইশাগী ওইজবা পান্বদগী চুমদবা লম্বীদা মাইওনশিন্নিংবা অমসুং লাকপা য়াই। চহি ১২ দগী ২৪ গী মনুং চনবা মীওইসিংদি খৎনা-চৈনবা হকচাংদা শোকপা পনবা খরা ফংবা য়াই। মীয়াই চল্লকপশিংগীদি চাউখৎ-খোংথাংগী খুদোং চাবা ফংজগনি।

**ইমুং-মনুং ঃ -** লাইগুরুগী শেবাদা পুক্রিং চংগনি। শেলসু চংগনি। অদুবু শজীবু কালেন ইঙা থা ৩ গী মনুংদা করিগুম্বা অকি-অখং থোকপা নৎত্রগা খৎন-চৈনবদগী শেৎন-খাইনবা য়াবা অমদি লৈ। ইঙেল্লাদগী মীনা উশিত্তবা মওং অমদগী পুক্রিং নুংঙাইতবা য়াই।

**মরুপ-মপাং ঃ -** চাউখৎ-খোংথাংদা মরুপ-মপাংশিংগী উপায় ফংগনি তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বা পুকচেল শেংদবা মী অমা তিন্নরুবদগী অমাং অতা খরা থোকপা য়াবসু লৈ। মেরা হিয়াঙ্গৈদগী মরুপ মপাংশিংগা নুংঙাইনদবা থৌদোক খরা থোকপা য়াই।

**শেল-থুম ঃ -** ওইজ-ওইথক্লচিংবা কান্নবদি ফংবা য়াই অদুবু ইশাগী কান্নফম লৈতবা মরমদা শেল খরা তিংগদৌরি অদুম ওইনমক অখাংকনবা অমদি হোৎনবা কঞ্জবনা খুদোং চাদবা কয়াদগী ঙাকথোকচগনি। ইঙা থাদগী শেল থুমগী ফিভম খর ফগৎলগনি। লন অমসুং শম্পতি চাউখৎপা য়াই, পোইনু থাদগী শেনগী মাথা খরা শাবা য়াই।

**ছাত্র-ছাত্রিশিংগী ঃ -** শিক্ষাগী খোংথাং খুদোংচাবা ফংবা য়াবা চহিনি, বুদ্ধি লৌশিং চাউখৎচগনি। ব্রাকচিং ফাইরেন থা ২ অসিদা মীনা মিৎয়েং চংবা পিরি। লমতা থাদা য়েক্লবা কোক্কুনা অফবা ফল ফংগনি।

**অনা-অয়েক ঃ -** হকচাংদি চিফেৎ-চিফেৎ ওইনা নুংঙাইরোইদৌরি। কালেল্লাদা চাবা তুমদবা চাকখাওদা বেরা চেনবা, ইঙেল্লাদা পুক্তা নুংঙাইরোই।

লাংবম্থাদা মিৎ অমদি কোক্তা নুংঙাইতবা ফংবা য়াই। নুপীশিংগীদি মেরা থাদা ঈগী লায়ননা নুংঙাইতবা খরা পিরি।

**থবক-ইংখ্বাং ঃ** - থবক্তা খুৎলোইবা ফংজগনি, লন চাওখৎপা য়াবা চহিনি। সরকারগী কর্ম্মচারীশিংনা থব্রাই নুংঙাইবা পোকচগনি অদুবু লৈফম হোংদোক হোংজিনগী চয়েৎনবা খরদি লাক্কদৌরি। লৌউ-শিংঙবগী থবক্তা কান্নবা ফংজগনি। লৌ-ইখ্বোলগী পোৎ-চৈ ললোনবা ফৈ, মহৌশাগী ওইনা থাংজ নুমিৎ মুলা নক্ষত্র (১৯) না পানবা নুমিৎ থাবান, ৩।৮।১৩।১৮।২৩।২৮ নি পানবা নুমিৎ অসি পক্লদে।

**কন্যা ঃ** পুক্লিং খরা ফাথবা ফবা চহিনি। খংহৌদনা থব্রাই নুংঙাইতবা থৌদোক খরা থেংনবা য়াবা লৈ। পম্থুংলমদাইদা ইরাক্লবা য়াই অদুমকপু ধর্ম্ম কায়জদবনা লন অমসুং শম্পতি ফংবা য়াবা লৈ তুংবদি য়ারোইদৌরি। লন লৈত্রবসু পামজবা মান চাং লেপশিঞ্জবা ঙম্বা উপায় ফংগনি। হকচাং নুংঙাইতবা মরম্না খরা পম্থবসু য়াই। চহি ৩০ দগী চহি ৩৯ গী মনুং চনবশিংনা খরা ফত্তবা মতমনি।

**ইমুং-মনুং ঃ** - ফংফম থোকপা স্বত ফংজবা য়াই, লাংবম্থাদা য়ুম-ইখ্বোলগী মরমদা শেন খরা তিংবা য়াই। অমদি লৈমিন্নবশিংগা মত তিন্নদবদগী ওইজবা শিৎপা য়াই। হিয়াঙ্গৈ থাদি মাঠা শাবা মতমনি। মতুংদা ফগৎলগনি।

**মরুপ-মপাং ঃ** - মীগা তিন্নদুনা থবক তৌবা কান্নগনি। মী পুম্নমক তিন্নবদি

য়াই, চেৎনা তিন্নবা য়াবা মরুপ্তী লৈতে। কালেস্থা ইঙা থাদা মীগা নুংঙাইনদবা খরা থোকপা য়াই। মথোক্কারকপশিংগীদি নুংশি নুংওনগী পম্বুং তাঞ্জবা য়াই।

**শেল-থুম ঃ** - শেল-থুমগী ফিভমদি য়াম্না ফবা থোক্তে, মীব্রা চান্নরুবদগী অরেম্বদা খরচ খরা চৎখিবা য়াই। চহি হৌবদগী থব্রাস্থা ফাওবদি থোইদোক্না অকায়বা লৈতে, মতুংদি ফৎখিদ্রে।

**ছাত্র-ছাত্রিশিংগী ঃ** - মহৈগী মরিদা খুদোংচাবা ফংবা য়াবা চহিনি। বুদ্ধি লৌশিং অমদি বিদ্যা চাওখৎপা পিবিরি। লাংবস্থাদা বুদ্ধি লৌশিং চময়বা খরা লাকপা য়াই। হিয়াঙ্গে পোইনুদি মীনা ইকাইখুম্নবা ওইগনি। খংজিনগদবাদি হোৎপু হোৎনদ্রবদি অরেম্বনি, হোৎনজরবদি নিংজবা পম্বুংফম তানবা ঙমজগনি।

**অনা-অয়েক ঃ** - ইঙেস্থা ফাওবদি থোইদোক্না অনা-অয়েক অকনবা লৈতে। লাংবস্থাদগী অনা অয়েক খরা লাকপা য়াই, খ্বাং-য়াংলেন নাবা, মিত্তা নুংশিৎ হাইগৎপা, থবাক ব্রাইচিংবা, শৌজথোং নুংঙাইতবা, অশিনবনচিংবা কাবা খরদং পিরি। পোইনু থাদগী ফগৎলগনি।

**থবক-ইষ্মাং ঃ** - পুক্লিং চরাংনবগা লোইননা হৌজ-হৌজ কান্নবা ফংজগনি, অদুবু পুক্লিং লৈতাফমদি ফংলোইদৌরি। লাংবস্থাদি অনৌবা থবক পায়খৎপা ফত্তে। মহৌশাগী থবক্তী অকায়বা লৈতে। স্না-লুপাগী পোৎ-চৈ ললোনবা ফৈ। মহৌশাগী ওইনা থাংজ নুমিৎ শ্রাবনা নক্ষত্র (২২) না পানবা নুমিৎ থাবান ৫।১০।১৫।২০।২৫।৩০ নি পানবা নুমিৎ অসি প... ।

**তুলা ঃ** মহৌশাদগীদি খরা ফগৎপা য়াই। অদুবু চাওখৎ-খোংথাংদি নোমজমনগী অরাবা শরুক্কা খরা হেনগদৌরি। মাঠা খরা শাবা য়াবা চহিনি। মীনা উশিত্তে তৌগে নিংজবা মরমদা নিংজিং মাংজিংনবা পোক্কদৌরি। অদুমকপু রাখল চেকশিনজবনা মরম ওইদুনা মমৈথংদা খুদোংচাবা ফংবা য়াবসু লৈ।

**ইমুং-মনুং ঃ** - শান্তি খরা রাৎকদৌরি, ইমুংগী মীশিংগী অনা অয়েক খরা লৈ, শেল মচিৎ-মচিৎ খরা চৎগদৌরি। অহনগা নাহাগা পুকচেল তিন্নরোইদৌরি। কালেষ্ট্রাদগী ইগুষ্ট্রা ফাওবগী মনুংদা কান্নবা খরা ফংবা য়াই। থরাষ্ট্রাদগী খরা ফত্তে ইমুং মহি লাংই। মেরা থাদগী মীনা য়েৎনা-য়েৎনা নিংজবা আশা পাংথোকচবা য়াই।

**মরুপ-মপাং ঃ** - চান্নবা মরুপ-মপাং কায়নবা নুপী অঙাংশিংগা তিন্নরুবদগী ইকাই নুংশি নংবা য়াবসু লৈ। থরাষ্ট্রদগী অনৌবা মরুপ খরা ফংবা য়াই। মেরা থাদগী মরুপ মপাংগী উপায় ফংজগনি। পোইনু থাদা খংহৌদনা থরাই নুংঙাইতবা খৎন-চৈনবা নৎত্রগা পোৎ-চৈ মাংবগুম্বা থৌদোক অমা ফংবা য়াই। মতুংদদি ফগৎলগনি।

**শেল-থুম ঃ** - ফংলকপদগী চথোকখিবনা হেনগদৌরি, ললোন-ইতিক্লচিংবদা শেলেপ পুখগনবা চহিনি। অদুম ওইনমক দশা অর্ন্তদ্দশানা য়াম্না ফত্তবা মতম থোক্লমদ্রবদি, পোইনু থাদ্গী লমতা ফাওবগী মনুংদা শেন-থুমগী ফিভম খরা ফগৎপা য়াই।

**ছাত্র-ছাত্রীশিংগী ঃ -** শিক্ষাগী লম্বীদা লম্মুক্লগনবা চহিনি। খংহৌদনা হোংদোক হোংজিন তৌবা য়াবা লৈ, মহৈ তম্মিনরিবসিংগা নুংঙাইনদবদগী খুদোংচাদবা ফংবা য়াই। মেরাদগী ফগৎলগনি।

**অনা-অয়েক ঃ -** হকচাংদি কয়া নুংঙাইরোইদৌরি, শু-নোম্বা হেনজিনখিবদগী পাঙ্গল ময়েং তাবা শকচু থোক্তবা, নৎত্রগা ব্রাখনগী লাইনা পোকপা য়াই। তিলগী লায়নাদগী নুংঙাইতবা পিরি। হিয়াঙ্গে থাদা মিৎকী নুংঙাইতবা খরা ফংবা য়াই।

**থবক-ইশ্বাং ঃ -** হিংনবগী লম্বীদা ওম্বোক-ওম্বোকপা থবক কয়া মাইয়োক্লগদৌরি। তৌজরিবা থবক খুদিংদা অয়েৎ অপন য়াম্না থোক্কনবা চহিনি। থবান, লাংবন, মেরা থা ৩ গী মনুংদি থবক্তা খুৎলোইজগনি, মীনসু সম্মান তৌবিগনি। ওইজ-ওইথক ফংবসু পিরি। মহৌশাগী ওইনা শতভিষা নক্ষত্র (২৪) না পানবা, শগোলশেন নুমিৎ থাবান ৪।৯।১৪।১৯। ২৪।২৯ নি পানবা নুমিৎ অসি পক্লদে।

**বৃশ্চিক ঃ** অফ-ফত্ত খরা য়ান্নবা চহিনি। চহি হৌবদগী মীনা উশিত্তবা থৌদোক খরদগী পুক্লিং নুংঙাইতবা খরা ফংবা য়াই অদুম ওইনমক অঙম-অথৌশিংগী মতেংদগী কান্নবদি ফংজগনি। কালেম্বা ফাওবা খরা ফত্তবা মতমনি। অয়েৎপা মী য়ামই। মহৌশাগী ওইনা পুকচেল তিংজবা লৌথুপ লৌকোই লৈতবনা য়েক্লবা মীমক্লা চানবিবা ওইগনি।

**ইমুং-মনুং ঃ** - ইমুং-মনুং শান্তি ওইনা লৈজবা য়াবা চহিনি, পোৎচৈ অনৌ-অনৌবা লেপশিঞ্জবা য়াই। মহৌশাদগী হেন্না ফগৎপা পিবিগনি। থব্রাছ্বাদগী খরা ফত্তে মীনা মিৎয়েং চংলকপা, পোৎ-চৈ মাংবনচিংবা খরা থোকপা য়াই। হিয়াঙ্গৈ পোইনু থা অনিদি তৌজরুবদা কান্নবা পিবিগনি।

**মরুপ-মপাং ঃ** - অহানবদদি য়াম্না ফগদবোই নিংলগা মতুংদদি কারন তুরন তৌগনবা মরুপ খরা থেংনরগদৌরি অদুবু ব্রাখন চেৎচবা মরম্না ইরাই লাইনা মরুপকী চক্রিদগী নাম্থোকপা ঙমজগনি। ইঙা থাদা অরিবা ব্রাখল কাংথোক্লদুনা খৎন-চৈনবা খরা ফংবা যাই। হিয়াঙ্গৈ পোইনুদা সঙ্গগী দোষতগী মীমাং ফম্বা য়াবা অমা লৈ। অতৈদি থোইদোক্না ফত্তবা লৈতে।

**শেল-থুম ঃ** - শেনগী ফিভমদা থোইনা ব্রানিংঙাই লৈতে অদুবু মান চাং লেপশিন্নবা হোৎনবদা মীঙোন্দগী খরা পুশিনবা য়াবা লৈ। পুদম ব্রায়োং চাবা থেংনদবগী মাঠা শাবা য়াই। ইঙেছ্বাদগী খরা ফত্তে, মেরা থাদগী অমুক ফগৎলগনি। চহি ৪৩ দগী ৫০ গী মনুংদা লৈবা মীনা খরা ফত্তে। চহি ৬১ দগী ৬৯ গী মনুংদা লৈবা মীনা খরা ফৈ।

**ছাত্র-ছাত্রীশিংগী ঃ** - মহৈ-মশিংগী লমদা খুদোংচাবা চহিনি। থব্রাছ্বা ফাওবদা মীনা ইকাইখুম্নবা য়াবা মতমনি। চহি ১১ দগী ২০ গী মনুংদা লৈবা মীগীদি বুদ্ধি লৌশিং চাওখৎপা মাইপাকপা ফংজগনি।

**অনা-অয়েক ঃ** - ঙৌদা, খৌরিবা স্বরগী যন্ত্রদা নুংঙাইতবা লোক্লাই তিল্লাইনচিংবা খরা ফংবা য়াবা চহিনি। চহি ৫১ দগী ৭০ গী মনুং ওইবা

মীনা লাইমন তিলমন কাংবা চাবা তুমদবা, লাই তিলনা ব্বারক ব্বাতেম্বগুম্বা অকি-অখং নংবা খরা ফংবা য়াই।

**থবক ইথ্বাং ঃ** - শুজ-নোমজবদা কান্নজবা য়াবা চহিনি। ফংফম থোকপা লন-থুমদি খরা চোম্বনা ফংবা য়াই। মীনা য়েৎপদগী লন ময়েং তাবা খরসু পিরি। সরকারগী কর্ম্মচারিশিংগীদি ওইজ-ওইথক ফংজবা চহিনি। মহৌশাগী ওইনা ইরাই নুমিৎ রেবতী নক্ষত্র (২৭) না পানবা নুমিৎ থাবান ১।৩।১১। ১৭।২১।২৬ নি পানবা নুমিৎ অসি পক্লদে।

**থনু ঃ** - খুরক্কী ঈনা লাই শাদুনা পুক্লিং চরাংনবা থৌদোক খরা থেংনরবা য়াই। পুন্সিগী চাউখৎখোংথাংদা খুরৌ খরা চেনবা য়াবা লৈ। খংহৌদনা ইরাক্লবগুম্বা থেংদোক অমসু ফংবা য়াই অদুবু মীগা মতেংদগী খুদোংথিবা কয়াবু নাম্বোকপা ঙমজগনি।

**ইমুং-মনুং ঃ** - ইশৌ ইরাংগা লোইন-লোইননা অনৌবা চাওখৎ-থৌরাং পায়খৎচবা ঙমজগনি। মেরা-হিয়াঙ্গে থা ২ গী মনুংদা অকি-অখং নংবা নৎত্রগা পোৎচৈ মাংবা য়াবা লৈ। পোইনু-ব্বাকচিং থাদা ইমুং-মনুং তুরৈ-ইঁরৈ খরা চেনবা য়াই। মরোন লোনবা কুচু মুবা মী তিন্নবা ফত্তে।

**মরুপ-মপাং ঃ** - ফত্তবা, অওন-অওন চাবা মরুপ খরা থেংনগদৌরি। চাওখৎ খোংথাংদা খুরৌ খরা চেলহনগদৌরি, কালেম্বাদা শঙ্গী দোষতগী লন ময়েং তাবা অফা-অপুন্নবগুম্বা থৌদোক খরা থেংনবা য়াই। অদুবু

মহৌশানা ব্রাবা হৈজদবা মরম্না পুক্লিং নুংঙাইথোকপা ঙমজগনি। থব্রান থাদগী মরুপ-মপাং অফবা ফংজগনি। অয়েৎ-অপন কয়াবু নমহত্তুনা মমৈথংদা জয় ওইজগনি।

**শেল-থুম ঃ** - থোইদোক্না চাওখৎফম খংলোইদৌরি, কান্নবা ফংদুনসু তঙাইফদবা থৌদোক্তগী শেঞ্জাও চৎপা য়াবা লৈ। মেরা থাদা চাওখৎপা পিবিগনি।

**ছাত্র-ছাত্রীশিংগী ঃ** - চরক চহিং নাইবা চহিনি, পুক্লিং লৈতাবা য়াদবা বুদ্ধি লৌশিং থোক্কন্দবা মতমনি। হোৎনবা কঞ্জবনা পুক্লিং লাকশিন্দুনা থব্রাই য়াওনা হোৎনজরবদি ফত্তবা অসি লাইনা নাম্থোকচগনি। ফাইরেন-লমতা থা ২দি খরা ফত্তে শঙ্গগী দোষতগী চরাংনবা খরা থোকপা য়াই।

**অনা-অয়েক ঃ** - হৌজ-হৌজ ওইনা নুংঙাইতবা খরা ফংবা য়াই। পুক লেংবা থিনবা, য়েকপা , চরম শাবনচিংবা খরা ফংবা য়াই। চহি ৫৫ গী মনুংগী মীদি থব্রাম্থাদগী ফগৎপা নোয়খৎ-চাওখৎপা ওই চহি ৫৫ দগী ৭৫ গী মনুং ওইবা মীদি খরা ফত্তে।

**থবক ইশ্বাং ঃ** - শেমগৎ-শাগৎপগী মরমদা খুরৌ খরা চেনগদৌরি, থবক্কী মরমদা মরুপ-মপাং কাইনবা য়াবসু লৈ। খুদোংচাদবা মরম কয়া মাইয়োক্লবা য়াই অদুম ওইনমক ইঙেন থব্রান থা ২ দি কান্নবা ফংজগনি। অচা-অথক্কী পোৎ লংলোনবা কান্নগনি। মহৌশাদগী ওইনা ইরাই নুমিৎ ভরনী নক্ষত্র (২) থাবান ৩।৮।১৩।১৮।২৩।২৮ নি পানবা নুমিৎ অসি পক্লদে।

**মকর ঃ** - থোইদোক্লা চাওখৎফম খংদবা ওইনা মতম লেনগদৌরি। উৎপাৎ হৈবা মীনা থোক চংলক্কুনা থবক পাংলোইদৌরি। ঐগী নোমজমন মহৈ মীনা অরেম্বদা চাখিবা য়াই। মরম অসিনা মীনা হৌরবা থবক্তা ব্রাখল চেকশিনহৌবগী দরকাররনি। চহিগী অহানবদা অরূ-অহেন, লৈফম্-চাফম্লচিংবগী খুদোংচাবা খরদি ফংগনি। চান্নবা মীনা খুদোংচাবা লৌখিগদৌরি। অমসুং কান্নদবনি খল্লুবা মীওইনা উপায় তৌরগদৌরি।

**ইমুং-মনুং ঃ** - থব্রায়দা পেন্দবা থৌদোক কয়ানা মরম ওইদুনা খরা ঙংনরগদৌরি, মরি মতাশিংগা তিন্নবগী নুংঙাইফম খংদে। অদুবু চেকশিঞ্জবনা লন তুংশিনবা ঙমজগনি। লৌ ইশ্খোললনচিংবদগী কান্নবা ফংজবা য়াই।

**মরুপ-মপাং ঃ** - অফ-ফত্ত খরা য়ান্নগদৌরি ইঙেম্থাদা তিন্নবা মরুপ্তগী পুক্লিং ব্রাইচিনবা খরা থোকপা য়াই। অদুমকপু পুক্লিং শেংজবনা ব্রাইচিনবা অদু কোকচগনি। থাজরুদবা থবক্তগী শেন ফংজগনি। মরুপ-মপাংগী উপায়না সম্পতি চাওখৎচবা য়াই। লমতা থাদা তোকঙা খরা চংশিল্লক্কুনা মাথা খরা শাবা য়াই।

**শেল-থুম ঃ** - মীনদি খরা য়েংশিনগদৌরি অদু ওইদুনসু মেরা থা ফাওবদি ময়াই ওইরপ্লা কান্নজগনি। শেল মচিৎ-মচিৎ ওইনা ফংগনি। মী তিন্নবা চেকশিনবা ফৈ, অরেম্বদা মাথা শাবা নত্তনা লন ময়েং তাবা য়াই।

**ছাত্র-ছাত্রীশিংগী ঃ** - মীনা ইকায় খুম্নবীবা য়াবা চহিনি। পাইরক-পাইথুগী লৌশিংনা মাইথিবা ফংগদৌবা কয়াদগী লাইনা নাম্থোকচগনি। বুদ্ধি লৌশিং

চাওখৎপা পিবিরিবা চহিনি। থব্রাই য়াওনা হোৎনরবদি মীকোক থোংবসু য়াই।

**অনা-অয়েক ঃ** - থোইদোক্লা খুদোংথিবা তৌরোই ঈশ্বরনা ঙাকপিগনি। মেরা থাদা খরা ফত্তে, চাবা তুমদবা, অশাবা কাবা মিৎ নাপু কাবা পুক **য়েকপা শাওগৎপনচিংবা খরা ফংবা য়াই।** চহি ১৩ গী মনুং চনবা অঙাংশিংনা অহিংদা খংবা, মমায় ঙাংবা, মচিন চপ-চপ শায়বা তিনগী লাইনা ফংগনি। চহি ৪০ দগী ৭০ গী মনুংগী মীনা খোং হাম্বা নুংঙাইতবা, ঈশিং মরিদা বেড়া চেনবা লাইনাদগী নুংঙাইতবা খরা পিরি।

**থবক ইশ্বাং ঃ** - মবক-মরক্তা ঈহৌ নাইনা কান্নবা ফংজগনি। মীগী মীনু চংবা থবক তৌরুবদগী মীগা য়েংথিনবা য়াই। থবক্কী মরমদা পুক্লিং নুংশিবা নংবা থৌদোক খরা থোকপা য়াই। হিয়াঙ্গৈ থাদা থবক্তা খুৎলোয়বা অমদি চাওখৎপা পিবিরি। কর্ম্মচারীশিংগী ফমথোন কাবা য়াবা চহিনি। মহৌশানা লৈপাকপোকপা নুমিৎ রোহিনী নক্ষত্র (৪) থাবান ৪।৯।১৪।১৯।২৪।২৯ নি পানবা পক্লদে।

**কুম্ভ ঃ** - চহি হৌরকপদা পুক্লিং ওমচাক্লবা থব্রাই ব্রাবা মতেক খরা ফংগদৌরি লম-তু চৎপা নৎত্রগা সম্পতিগী মরমদা অকায়বা খরা থোকপদগী পুক্লিং লৈতাফম খংদবা ওইবা য়াই। কালেষ্ছাদগী খরা ফৈ অব্দ অপান লেপশিনবা লন ফংজবা লৈফম চাফম শেমগৎপনচিংবা থবক্তা থব্রাই

য়াওশিনগনি। চহি ১৩ দগী ২৫ গী মনুং ওইবা মীশিংদি খরা ফত্তে, শোক-পনবা য়াবা লৈ।

**ইমুং-মনুং ঃ** - থৱাস্থা ফাওবদি ইমুংগী কান্নবা ফংবা মীনা ইকাইখুম্নবা ওইগনি। কনাগুম্বা অমগী পুক্লিং ৱাইচিনবা অমদি ফংবা য়াই, ইমুং-মনুংদা চনৈনবা খরসু থোকপা য়াই। লাংবস্থাদগী ইমুংগী রেড়া চক্রী খরা থাংগদৌরি।

**মরুপ-মপাং ঃ** - মরুপ-মপাংশিংগী উপায়দগী খুদোংচাবা ফংজবা য়াবা চহিনি। ইশানা বুদ্ধি লৌশিং থোকত্রবদা লমজিংবিবা মরুপ কয়া থেংনগদৌরি। মেরা-হিয়াঙ্গে থাদি খরা ফত্তে। মীরৈহৎ কয়া লাক্নুনা থবক শিংপা, খৎন-চৈনবা অমসুং লন ময়েং তাবা খরা পিরবা য়াই।

**শেল-থুম ঃ** - শেনগী ৱাইচিনবদি কোকঙমদ্রবসু কান্নবদি অতৎপা লৈতনা মচিৎ-মচিৎ ওইনা ফংজগনি। কনাগুম্বী নুপী অমদগী শেনগী মরমদা ইকাই নুংশি নংবা য়াই। চেকশিনবা ফৈ। ফাইরেন লমতাদগী শেন থুমগী ফিভম হেন্না ফগৎলগনি।

**ছাত্র-ছাত্রীশিংগী ঃ** - থৱাই য়াওনা হোৎনজরবদি মহৈ মশিং চাওখৎচবা, মীনা সম্মান তৌবা অমসুং মীকোক থোংবা য়াবা চহিনি। থৱাস্থাদগী হেন্না ফগৎলগনি।

**অনা-অয়েক ঃ** - চিফেৎ-চিফেৎ ওইনা খরা নুংঙাইতবা পিরিবা চহিনি। হকচাং চিকখোৎপা, নৎত্রগা পংথবা অমদি মিৎ নাকোংদা নুংশিৎ হায়গৎপা

য়াবা লৈ। চহি ৫০ দগী ৭০ গী মনুংগী মীওইশিংদি ৱাখনগী লাইনা পোকপা য়াই। চহি ৮০ গী মনুংগী মীদি ঈ-নুংশিং মথি ক্লেংবগী নুংঙাইতবা ফংগনি।

থবক ইথ্বাং ঃ - থৱাই য়াওনা হোৎনজরকপা লম্বীদা পন্থুংফম য়ৌবা খরা ৱানা থোক্কদৌরি মীনা খরা য়েৎলি। ইঙেল্থাদা পুক্লিং খরা ৱাইচিনবা মতমনি। পোইনু থাদি খুৎলোয়বা, চাওখৎপা ওইগনি। কর্ম্মচারিশিংগীদি অকায়বা লৈতে। ফি-রোন্নচিংবা ললোনবা ফৈ, কান্নগনি। মহৌশগী ওইনা শগোলশেন নুমিৎ আর্দ্রা নক্ষত্র (৬) না পানবা নুমিৎশিং থাবান ৩।৮।১৩। ১৮।২৩।২৮ নি পানবা পক্লদে।

**মীন** ঃ - পন্থদুনা লৈরম্বা মরম পুম্নমক পাংথোকপা য়াবা চহিনি। চেকশিনদবগী মহৌশা খরা ফিংবা তপথবা কয়া হৈনদবা মরমদগী শেরান্নবা থোকখিবা য়াবসু লৈ। নুপী অঙাংশিংগা খরা নুংঙাইনরোইদৌরি। চহি ৫৪ দগী ৬৫ গী মনুং ওইবা মীদি ওন্ন-তৈননবা থোক্কদৌরি। শেন-থুমগী ৱাইচিনবদি তৌররোই, ফগৎলগনি।

ইমুং-মনুং ঃ - লাংবল্থাদগী হৌনা উতোং অহোবদা ঈশিং হাপ্পগুম্না পুশিল্লকপা শেন থুম মফম মরাং খংলোইদৌরি। শেনবু চংদ্রবদি ইমুংগী শান্তি ৱাৎপা তাবনি। অদুন্নদি ওইরগা লমহেনবা মীওই অমবু ৱারক-ৱাতেম্মুবদগী মীনা হৈ-শিংই হায়না থাগৎনবা য়াই। মেরা থাদগী ইমুংদা লন-থুম চংগনি।

**মরুপ-মপাং ঃ -** ওহ্নোক-ওহ্নোকপা মরুপ-মপাং ঙাক্তা থেংনরবা য়াবা চহিনি। শঙ্গী দোষতগী মীনা নুংশিদবা, লমচৎ-শাজত্তা অকাইবা পিরবা য়াই। মরম অসিনা মী তিন্নবা চেকশিনবা ফৈ।

**শেল-থুম ঃ -** অনৌ-অনৌবা উপায় কয়া শিজিন্নদুনা.শেল তাঞ্জবা য়াই কোম্না শেন-থুম ফংবা য়াবা চহিনি। কুচু শেংবা মীগা লোইন্দুনা শেন তানমিন্নবা কান্নগনি অদুবু তুংবদি য়ারোইদৌরি।

**ছাত্র-ছাত্রীশিংগী ঃ -** চেকশিন্না হোৎনদবা য়াদবা চহিনি মহৈ মশিংগী লমদা ওহ্নোকপা লম্ফে অমা লাক্তুনা পুক্নিং চরাংনবা, শিক্ষাগী লমদা খুরৌ চেনবা ওইরগদৌরি। ব্রাখন চেকশিন্দ্রবদি নাহ্নোকহৌবা য়াবা লৈ।

**অনা-অয়েক ঃ -** মহৌশানা হকচাংগী যতন লৈজবনা নুংঙাইদবা অনা অয়েক কয়াদগী কোকচবা ওইগনি। চহি ৪০ দগী ৬০ গী মনুং চনবা মীদি থবক্তা রেড়া চেনবা ঈশিং মরি নুংঙাইতবা লাইনা ফংবা য়াই। লাংবহ্নাদা অনা অয়েক খরা তৌবা য়াবা মতমনি।

**থবক ইথাং ঃ -** দশাভর্দ্দশানা থোইদোকপা অকায়বা লৈত্রবদি পুক্নিগী তাঞ্জরকপা হিরমদা পম্বুংফম য়ৌবা য়াবা চহিনি। হিয়াঙ্গৈ-পোইনু থাদা মীনা উশিত্তবা খরা থোকপা য়াই মদুনা মাংবগী মহুত্তা চাওখৎপা খুৎলোইবদুম ওইজগনি। মহৌশাগী ওইনা থাংজ নুমিৎ শ্রবনা নক্ষত্র (২২) না পানবা নুমিৎ থাবান্না ৫।১০।১৫।২০।২৫।৩০ নি পানবা অসি শক্লদবা নুমিৎনি।

রাজ মন্ত্রী পাবা

শকাব্দা ১৯২৩ চন্দ্রাব্দ ১২১৩ ইংরাজি ২০০১

## শ্রীশ্রীগোবিন্দজীগী মণি মন্দিরদা পাথোক্কদবা মরুওইবা থৌরমশিং অতৈ (পর্ব্বদিন)

| মশিং | থৌদোক/থৌরম | তাং/ইং | ভারত তাং | মৈতৈ থাজৎ | নুমিৎ |
|---|---|---|---|---|---|
| ১ | শিলহেনবা | ১৪।৪।২০০১ | ২৪ চৈত্র | ২১ শজিবু | থাংজ |
| ২ | অক্ষয়তৃতীয়া/চন্দন যাত্রা | ২৬।৪।২০০১ | ৬ বৈশাখ | ৩ কালেন | শগোলশেন |
| ৩ | শ্রীশ্রী নৃসিংহ জন্ম | ৬।৫।২০০১ | ১৭ বৈশাখ | ১৪ কালেন | নোংমাইজিং |
| ৪ | জলকেলী/ফুলদোল | ৭।৫।২০০১ | ১৮ বৈশাখ | ১৫ কালেন | নিংথৌকাবা |
| ৫ | সাবিত্রী ব্রত | ২২।৫।২০০১ | ১ জ্যৈষ্ঠ | ২৯ কালেন | লৈপাকপোকপা |
| ৬ | শ্রীশ্রী জগন্নাথদেবগী স্নান যাত্র | ৬।৬।২০০১ | ১৬ জ্যৈষ্ঠ | ১৫ ইঙা | য়ুমশকৈশ |
| ৭ | শ্রীশ্রী জগন্নাথদেবগী কাংচিংবা | ২৩।৬।২০০১ | ২ আষাঢ় | ২ ইঙেন | থাংজ |
| ৮ | হোড়া পঞ্চমী | ২৬।৬।২০০১ | ৫ আষাঢ় | ৫ ইঙেন | লৈপাকপোকপা |
| ৯ | শ্রীশ্রী জগন্নাথদেবগী কাংলেন | ৩০।৬।২০০১ | ৯ আষাঢ় | ১০ ইঙেন | থাংজ |
| ১০ | শ্রীশ্রী হরি শয়ন | ২।৭।২০০১ | ১১ আষাঢ় | ১২ ইঙেন | নিংথৌকাবা |

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ১১ | শ্রীশ্রীগোবিন্দজীগী ঝুলন হৌবা | ২৩।৭।২০০১ | ১ শ্রাবন | ৩ থৱান | নিংথৌকাবা |
| ১২ | ঝুলন হৌবা খ্বাইগী | ৩১।৭।২০০১ | ৯ শ্রবন | ১১ থৱান | লৈপাকপোকপা |
| ১৩ | ঝুলন লোইবা (রাখী পুর্ণিমা) | ৪।৮।২০০১ | ১৩ শ্রবন | ১৫ থৱান | থাংজ |
| ১৪ | শ্রীশ্রী কৃষ্ণ জন্ম | ১২।৮।২০০১ | ২১ শ্রাবন | ২৩ থৱান | নোংমাইজিং |
| ১৫ | শ্রীনন্দ উৎসব | ১৩।৮।২০০১ | ২২ শ্রাবন | ২৪ থৱান | নিংথৌকাবা |
| ১৬ | শ্রী রাধা জন্ম | ২৬।৮।২০০১ | ৪ ভাদ্র | ৮ লাংবন | নোংমাইজিং |
| ১৭ | বৃষভানু উৎসব | ২৭।৮।২০০১ | ৫ ভাদ্র | ৯ লাংবন | নিংথৌকাবা |
| ১৮ | হৈগ্রু হিদোংবা | ২৯।৮।২০০১ | ৭ ভাদ্র | ১১ লাংবন | য়ুমশকৈশ |
| ১৯ | শ্রীশ্রী বামন জন্ম | ৩০।৮।২০০১ | ৮ ভাদ্র | ১২ লাংবন | শগোলশেন |
| ২০ | তর্পন হৌবা | ৩।৯।২০০১ | ১২ ভাদ্র | ১৬ লাংবন | নিংথৌকাবা |
| ২১ | তর্পন লোইবা/শ্রীবিশ্বকর্ম্ম পুজা | ১৭।৯।২০০১ | ২৬ ভাদ্র | ৩০ লাংবন | নিংথৌকাবা |
| ২২ | মেরা চাওরেন হৌবা | ১৭।১০।২০০১ | ২৫ আশ্বিন | ১ মেরা | য়ুমশকৈশ |

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ২৩ | শ্রীশ্রী দুর্গা পুজা | ২২।১০।২০০১ | ৩০ আশ্বিন | ৬ মেরা | নিংথৌকাবা |
| ২৪ | মহাষ্টমী বর | ২৪।১০।২০০১ | ২ কার্ত্তিক | ৮ মেরা | য়ুমশকৈশ |
| ২৫ | বিজয়াদশমী/ক্বাক যাত্রা | ২৬।১০।২০০১ | ৪ কার্ত্তিক | ১০ মেরা | ইরাই |
| ২৬ | মেরা ৱাখিনবা কুঞ্জরাস | ১।১১।২০০১ | ১০ কার্ত্তিক | ১৫ মেরা | শগোলশেন |
| ২৭ | মেরা শয়ন | ১।১১।২০০১ | ১০ কার্ত্তিক | ১৫ মেরা | শগোলশেল |
| ২৮ | দিপান্বিতা দিৱালী | ১৫।১১।২০০১ | ২৪ কার্ত্তিক | ৩০ মেরা | শগোলশেন |
| ২৯ | শ্রীগোবর্দ্ধন পুজা | ১৬।১১।২০০১ | ২৫ কার্ত্তিক | ১ হিয়াঙ্গৈ | ইরাই |
| ৩০ | ভ্রাতৃদ্বিতীয়া (চাক্কৌবা) | ১৭।১১।২০০১ | ২৬ কার্ত্তিক | ২ হিয়াঙ্গৈ | থাংজ |
| ৩১ | গোষ্ঠাষ্টমী (শনশেনবা) | ২৩।১১।২০০১ | ২ অগ্রহায়ন | ৮ হিয়াঙ্গৈ | ইরাই |
| ৩২ | শ্রীশ্রী গোবিন্দ অভিশেক | ২৬।১১।২০০১ | ৫ আগ্রহায়ন | ১১ হিয়াঙ্গৈ | নিংথৌকাবা |
| ৩৩ | শ্রীহরি উত্থান | ২৭।১১।২০০১ | ৬ অগ্রহায়ন | ১২ হিয়াঙ্গৈ | লৈপাকপোকপা |
| ৩৪ | মেরা ৱাফুকপা "মহারাস" | ৩০।১১।২০০১ | ৯ অগ্রহায়ন | ১৫ হিয়াঙ্গৈ | ইরাই |
| ৩৫ | উত্তরায়ন সংক্রান্তি | ১৪।১।২০০২ | ২৪ পৌষ | ১ ৱাকচিং | নোংমাইজিং |

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ৩৬ | শ্রীপঞ্চমী শ্রীশ্রী সরস্বতী পুজা | ১৭।২।২০০২ | ২৮ মাঘ | ৫ ফাইরেন | নোংমাইজিং |
| ৩৭ | শ্রী অদ্বৈত জন্ম | ১৯।২।২০০২ | ৩০ মাঘ | ৭ ফাইরেন | লৈপাকপোকপা |
| ৩৮ | শ্রীনিত্যানন্দ জন্ম | ২৫।২।২০০২ | ৬ ফাল্গুন | ১৩ ফাইরেন | নিংথৌকাবা |
| ৩৯ | শ্রীশ্রী শিবরাত্রি | ১২।৩।২০০২ | ২১ ফাল্গুন | ২৯ ফাইরেন | লৈপাকপোকপা |
| ৪০ | দোন যাত্রা য়াওশং মৈ থাবা | ২৮।৩।২০০২ | ৭ চৈত্র | ১৫ লমতা | শগোলশেন |
| ৪১ | পেচকারী (হোলী) | ২৯।৩।২০০২ | ৮ চৈত্র | ১৬ লমতা | ইরাই |
| ৪২ | হলঙ্কার | ২।৪।২০০২ | ১২ চৈত্র | ২০ লমতা | লৈপাকপোকপা |
| ৪৩ | বারুণী | ১০।৪।২০০২ | ২০ চৈত্র | ২৮ লমতা | য়ুমশকৈশ |
| ৪৪ | চৈরাওবা | ১৪।৪।২০০২ | ২৪ চৈত্র | ২ শজিবু | নোংমাইজিং |




শ্রী রাজেন্দ্রা শর্ম্মা ব্রহ্মচারী
পাঞ্জি শংলাকপা
শ্রীশ্রীগোবিন্দজী টেম্পল বোর্ড ইম্ফাল।

## শ্রীশ্রীগোবিন্দজী মণি মন্দিরগী আর্তিগী পুংফম/দর্শণগী মতম

**কালেন্না (অয়ুক) :** *ম্যাকচিংগী থোইদিং অমুবা কৎপা (তিল সংক্রান্তি, মকর সংক্রান্তি উত্তরায়ণ সংক্রান্তি) নুমিত্তগী কালেন থা চংলে (জনুয়ারী)*
১। মঙ্গলার্তি-অহিং পুং ২।৫০, ২। ধুপ আর্তি-অয়ুক পুং ৫।১৫ *(মণি মন্দির থোংজাও হাংদোক্নুনা দর্শণ পিবা অয়ুক পুং ৫।৪৫)* ৩। শৃঙ্গার্তি-অয়ুক পুং ৮, ৪। ভোগ আর্তি-অয়ুক পুং ৯, ৫। শয়ন আর্তি-অয়ুক পুং ১০ *(চয়োল অমগী মনুংদা লৈপাকপোকপা নুমিৎতি পুং ১২ নুমিৎ য়ুংবা ফাওবা দর্শণ পিগনি অতে নুমিৎশিংদি অয়ুক পুং ১০ দগী দর্শণ পিররোই। অথয়বা নুমিৎ খরদদি অয়ুক্কী নুমিদাং শয়ন আর্তি ফাওবা দর্শণ পিগনি)*

**নুংথিল অমদি সন্ধ্যা (নুংথিল পুং ৩ দগী দর্শণ য়ারগনি)**
১। থাল আর্তি-নুংথিল পুং ৩।৪৫, ২। ভোগ আর্তি-নুংথিল পুং ৪।৪০, ৩। সন্ধ্যার্তি - সন্ধ্যা পুং ৫।২৫, ৪। শয়ন আর্তি - সন্ধ্যা পুং ৬ *(মণি মন্দির থোং লোল্লগনি দর্শণ পিররোই)*

**নিংথম থা (অয়ুক):** *মেরা থাদগী নিংথম থা চংলে (সেপ্টেম্বর)*
১। মঙ্গলার্তি-অহিং পুং ৩, ২। ধুপ আর্তি-অয়ুক পুং ৫ *(মণি মন্দির থোংজাও হাংদোক্নুনা দর্শণ য়ারগদবা অয়ুক পুং ৫।৩০ দগী)* ৩। শৃঙ্গার্তি-অয়ুক পুং ৮, ৪। ভোগ আর্তি - অয়ুক পুং ৮।৫০, ৩। শয়ন আর্তি - অয়ুক পুং ১০ *(লৈপাকপোকপা নুমিৎকী অয়ুক পুং ১২ ফাওবা দর্শণ পিগনি। অতে নুমিৎশিংদি অয়ুক পুং ১০ দগী দর্শণ পিররোই)*

**নুংথিল অমদি সন্ধ্যা** *(নুংথিল পুং ২।৩০ দগী দর্শণ ফংবিরগনি)*
১। থাল আর্তি - নুংথিল পুং ৩।২০, ২। ভোগ আর্তি - নুংথিল পুং ৩।৩০, ৩। সন্ধ্যার্তি - সন্ধ্যা পুং ৪।৪৫, ৪। শয়ন আর্তি - সন্ধ্যা পুং ৫ (দগী দর্শণ মতম লোইরে)

| |
|---|
| **খংজিনবিগদবা :** *নিংথম-কালেন ওন্নবা মতমদা মথক্কী পুংফম অসি মিনিট খরা-খরা খেন্নগনি।* |

রাজ জ্যোতিষী
শ্রীরাজেন্দ্র শর্ম্মা ব্রহ্মচারী
জ্যোতিবভুষণ, পাঞ্জি শংলাকপা
শ্রীশ্রীগোবিন্দজী টেম্পল বোর্ড, ইম্ফাল।

শ্রীশ্রীগোবিন্দজী টেম্পল বোর্ড,
ইম্ফাল।
ফোন নং: ২২১০০২

# শ্রীশ্রীরাধা গোবিন্দ
# লাইব্রেরী অমা হাংদোকচরে

*ভক্ত-বৈষ্ণবশিংনা লেংবিরক্লুনা ধর্ম্মগা মরি লৈনবা*
*লাইরিকশিং নৈনবিরনবা অমদি পাবিরবা য়াগনি।*

মফম ঃ শ্রীশ্রী গোবিন্দজী আখড়া
লোইশং অচৌবগী মথক্তা
(শেবাকারি লোইশং)

মতম ঃ নোংমাইজিং নুমিৎ খুদিংগী
নুংথিল পুং ১ দগী পুং ৪ ফাওবা

পিঃ এমঃ বাকচিগী
ডাইরেক্টরী পঞ্জিকা ২০০১/২০০২
ফংবিগনি।

শ্রীশ্রীগোবিন্দজী টেম্পল বোর্ড
ইম্ফাল।